## মীহাৎপুঙ-দা

প্রিয়কুমার হনজবম

নোঙানলকপদো কয়াদা নীঙব-কারখিবা
য়াথলগী ঈথক্ক থঙহোদ' মাঙখিবা,
মিকুপ্ত, কাউররোই, মতমদু মু লরোই
অনৌবা ইতিহাসিক অনৌবা পম্দুম্নি ॥

ঙক্ত ফাঁসীগী খোরী কোঙোই,
মাইথোং থুমখি অমুবা মাইঘুম-ফিনা
খুৎ তুংবুন্না, ফাঁসীগী শগাইথক
খোঙ যোংহিলং চন কযাদা তমথীন্নবা।

মীহাৎ-পুঙদা তিন্নবা মীয়াম
করিগী কপ্পখি মখোল খোঙ্ডনা ?
পিরাং পিরোইন' হিংবা পুন্সিদ
ঐ ইক্রুখনি ফুংগী লমী য়াৎনবা ॥

ঐখোয় শিরি হিংননবা
চারোল শুবোল কন্ননবা,
মাখোয় চংখি নময়ানগা
নখোয় লাকউ তুং-ইনবা ॥

অহিং অমতংগী বরীনি,
অমুক অমুক ওইররনি,
অঙানববু অময়না কুপখিবনি
অময়বু অঙানবনা লাওহংলনি ॥

পাউনা মকোক চোঙলকখিনি
থাঙ্গাল পাখোম লোঙলকখিনি
কোইরেং কয়া পোক্রুকখিনি
নীঙতম ফিরাল মুঙলখিনি ॥

## তম্বীযুনে লাইবাদো

কে,সি, নন্দ

লান্দা লাম্নুনু, হায় নখোয়না
   জয় ওইনি অচুম্বনা শোয়দনা মমৈদা।
কুইরেদা কাখিব পারাদুদি
   ওঝানাসু হায়খি ইমাইপানসু তাকখি ।।

অচুম কনাবাবু নুংঙাইশ্রবা ইনাকখুনশ্রবা।
   নুংঙাইখি য়াইফখি চিরোলহৈব নখোয়তনা।

কয়াদি ওআনা খাংলব পুন্সিসে নখুৎতা
   নখোয়গী কানব থিবদা ঐবুদি হাপ্তোক্রম্নবা।

অচুমনা জয় ওআরীদা লাইরিক্তা
   ঙাইবদি য়াখ্রেদা তাযবঙ ঐঙোন্দাদি।
তেনগ্রব প্রিন্সিসদা কয়্নাবু ঙাইথিসগে
   জযবু ওইদ্রবঙে অচুম্বনা শিরনি ঐদি ।।

তাকউনে অপঙবা ঐঙোন্দা ঙসিদি
   নখোয়গুম যোকক্কে থাক্কে ইচাইশু
তম্বীযুনে লাইবাদো তাযবঙবু তায়নবদো
   মপাম্বো দাসু ফজরবা থনুংদাম্ম মোকচবা ॥

কনানাসু তাবীদে অচুমসে হায়রুবদা
   মখোয়গী অনীবদি মথুঙথি অথানব হায়মগা।
ঐগুম্বা কয়া শিখ্রে মাঙখ্রে হাৎঙমদা
   করিবু কামৈ অচুমগীজয় মখোয়দা ॥

## মলযাম্বুংশিং নামিবা

বেঞ্জামিন এম, সাহ-আলম

কনাবুসু উনিংবগী খোয়াংব লৈত'
ঐনা কমাল ঐগী পাক্লবা কা-অসিদা,
কমাল ইদোম তুমিন্না অচৌকপা অসিদা— ॥

লিংলি মালম মুংশিং নামিবা নহাক্তী
চঙলাক্লি ঐগী থোংনাও পর্দা হায়দোক্নুনা,
পোখাবা লৈতনা থোকখিবা লোংদ-ঙ্গামিন
আমুকসু পুমক্লি পাক্লব থোংনাও ফাওনা
তাহল্লরি, তাম্না তেংথাবগী খোজেলশিং,
পাররি থমোইদা খোজেলদুগী চৈথেঙসু।

অচৌকপতবু পামজবা ঐগী থমোইশে
ঙাংদি পোথাঙমদরে মীকুপমফাওবা,
চীংলোন লামা হুমকপা মালযপামিবা
থঙালিনী নত্তদ কনাগী মীকপ মীরাওথোল।
ইদা মৈতৈ লৈমগী পারি মমোমশি লা
অমম্বু হারবম্বু কারি পাওনো পুরকপা ?

## পৃথিবীগী ঈশৈ

লাইতোঞ্জম নীলমণি

পৃথিবীগী মথরাইদা তাউই লৈগী লৈনম
নোংথক্তা নোংধাং—অতিয়াদ থা-থরান
অদুমক্তদা লৈঙোইনুংদা লোংতুনা লৈ ফলু তুরেশ
চহীগী মতুং চহী, যুগকী মতুং যুগ
হুপুরবী আগ্নেয়গিরিগী ময়োলথোক্তব মূর্তিগুম।
তৌইগুবসুং নুমিংনা পৃথিদা চায়থান মৈ
মদুগী মৈরিক্তগী চোংথোরকই
মশিং নাইদ্রদা প্রলয় মৈরি
"আণবিক ক্ষেপণাস্ত্র 'হায়না শক থংনহন্দুনা।
করম্বা মতমদা মচিং হোৎরক্তনা
পৃথিবীগী নুংঙাইবা মুল্লকখিবা
হিরোসিমা নাগাসাকিগী লাঙ্গথুং
পক্লবা লমলেনবুং নক্তনা
কনানসু থংনদে-মহুগী মর্ম, মহুগী মৈচাক
মদুগীদমক ওইরিগনি
নুমিংকী মথম্মোইদা লোংলিবা চুমথাংগী সঙ্গম্বী।

## "মৈতৈ চনু"

**সাইখোম বিমোল**

মৈতৈ ইমাগী আওজাবা
কুমাং শাংনা তামহৌরে।
মতম কুইনগী, তুংদা,
মাংফদ্রবা ইমাগী, 'শজিকুম্' শতম তানখীরক্রে ॥
মশিং শুদ্রি মতাগুম ইচাগী
থিবিরক্রে, ইমা মৈতৈ চনুনা,
চোইক্তাদ্রবা মালেমদা, শেনবীনবা য়াউদনা,
মৈতৈ লমদম য়াংগী, পারি-ইমোম শম্না ॥
ফংজরেদো ওসিদ
ইমাগী তমপাক্তা ওনজবা।
নুংশি য়াওাংসু তাজবে ইমাগী,
হয়াউ মিনোকসু উজরে মিৎথিৎনা।
কয়াদা লাইবক ফরবা
য়েংবীউনে ইমা, মৈতৈ মচা ঐখোয়সে ॥
অতুবুনে অপোকপী,
লেংবিথ্রগনু কৈদসু,
ইপাম লমদমসু য়োক্তমদা,
তুংওইনবীরবদি ইমানসু
কারিবু ওইগনি ইমা, লম্মাংনবা নত্তনা মীরমসিদা।
মীরমদম অসিদা
মীয়োলবুসু থংবা তাই
বাংলা, আসামী।
মালেমগী মরুপশিংগা ওআরী শাম্নবা,
হৈবা তাই ভারৎকী-হিন্দি, ইংরেজী।
য়েংবীউনে ইমা পুকফবী
লাইবক চাউবা নচাশিংগী মপোকসে।
লাক্লো লাক্লো, হৈ মৈতৈ মচাশা।
মচাশিংগী মতৌদা
থাংজমদ্রবা ইমাগী খোন্দো
তুজসি কপচসি।
মাইখোং মকা লামজনবা,
নিংথিবা সাহিত্য সেমনা.
ইমাগী থম্মোই পেলহল্লসি,
শিল্পসুনু মালেম শিন, মহোশা মীনোক্লা ইমাগী ॥

—

### -' ?

**সইখম মঞ্জরী**

খোমলাং মমল শিংত্তমদনা
পলেমগী ঈজ্জং য়োম্লিবা
পম্হৌগী য়ায়েল ইন্দনা
হুরান ইনাও শানুনরিবা

-' ?

নোংপোক নোংচুপ অরাংথা
মাইকৈ মরি শিনুথুংনা
মীনুংশি পাওজেল চৌম্লিবা
থরাম থাগী অমম্বদা

-'?

থাশীগি মমলবা অহিংদা
মফম মফম থুদিংদা
অমোংপা চরৈ হোংহনুবা
পাওরি পাওতাক পিরিবা
লমজিং লম্বী তাকলিবা
কনানো ?

## থাওমৈ মখোংগী অমম্বা

হাওইবম রবীন্দ্র সিংহ

মঙাল নংগী নঙাল অঙকপনিদো ।
'মঙ্গা ঙালহনবমা মখো ওইরিবা
'পুমথিংনা নামংশিংনা, নপা 'মলাঙবা
চাক্লনা অহিং চুপপা নথম্মোয় কেম্মিদো ।
অমুক ওয়ারোই মীচং মীখায়নৈ
হাবদুনা, পোংনরি ওয়াকৌ লিশাং থাদ
অমুক' মুমাক কন্না নঙাল ফংদনা
সুক্ সুপ্না অমম্বদা, মান হোংনা লৈনৈ ।
ওইজা তানবা মীনাখল্লি মপুক্লিদা,
ঙানগণি পৃক্সুপ্না ননাত্তা নপ্পগা
থত্বগা, অমম্বদা 'সুম ম'য়বগা
তেংথানরি পৃক্সচুপ্না, থাওম মখোংদা
মঙালনংসু হানজো—মমনা অমম্বা'
অসুমক লৈরসনু, মগান অপাম্ব ।

## তথেলৈ

নিরঞ্জন দত্ত

নিংজেল মান্ন লংলাম সাহিত্য লৈকোন্দা ।
ঋতু তবুকক সথী ময়াম্না লৈখে দুনা
লৈরাং সথীশিং শক্লি ঈশ পঞ্জী বীনান ।
চেক্তির ঈপোম নুংশি খোইহি লৈবত্তা
কাব্য মহাকাব্য শরেং লৈখলগী ঈরৈ ।
খোইমু কোকিল পাংলোন্ মথোল রক্তা
অনংবা ফিগ শেক্লনা জগোয় শানরি
কবি মমোন্ নোক্লি কপলি মেংদুনা ।
নেইপ্পা থেক্না খোযমা লৈচিন' মক্তা
অশংবা ফিগ শেক্লনা খোয়ক্ত তথেলৈ,
কবিনা থুংথতলিন খোন্দা খৈরাং মিনোক্ন
শক্লো নংগী লৈশক থেক্পিবো শাথেক
তিক্লবো সথীশিংগা মালেম লৈকোন্দা
চেক্সনু লৈহি বিশ্ব-সাহিত্য কুঞ্জদা ।

## ইমাগী পরশুরাম

ওয়াংখেম বীরমঙ্গল

কাওশেনবশিং কারকলে কাওহোরনা
তেংগোন্ তেংগোন্ পরেং পরেং
কলিগী শনজাই চনলবা নুমিদাংওয়াই ,
ঈখেং ইরাংলকলে নোংচুপ মাকৈ—
যাচংলবা কোইরাওনবা নুমিৎকী 'থক্তা
চুমথা ন থক্থক্তী অমুক
ওসি তোঙান তোঙামনা অমুক শক্রোনলকলে
ঙবাংদ শাথুপখিবা চুমথাংগী মচু তরেং ।
লৈফুলগী লৈচিনথাবী লৈহাও-পামী 'থক্তা
চবাক্ চবাক্ মপৈ মপৈ—
শন্নাং ইফাফনা শাবীন ত্তাইরি

থোংগাল ওয়াংমদা ,

নোংচুপ্ মাক্লৈতন্না রেংলি

নোকফেং নোক্‌ফেং

থজীনদা ফোইনা নি সা হোনলি থবেং থবেং :
ঙাংজুনরবা পৃথিবী সুপ্না অমম্বদা তিনথরে
অশিকবগী মশক্ ওইরকল অমুক—

চাইথবন্ ল মমতম

পরশুরাম যণশেন শিবদগী লাব্লিগ
মিংলুদগী পীরাং শিন্দনা, শাবীন কপলি
অমুবতা লাকখো লাক্খো অমুকতা
ইমাগী পরশুরাম ॥
চংলম্মোয় চাক্লিবা, চংলম্মোন চম্প্রা হেক্পা,
চংলম্মোয় ব্রহ্মপুত্রদা ইবুপ পা ,
মোংয়াই মতুং ওইরকলে —
থাওমৈ মৈবা চাইথরকলে
উচিমাউ, খপ্রেব্চাক, মকু খো ভগলে
নো নোক্ মাকৈ চিংথৈ হুমেক্লে

মোংঙাল্লমদায় যৌরকলে

ইমাগী পরশুরাম ওসি কদাযদা চংথরে ?
মিংলুদগী পীরাং শিন্দনা, শাবীন অমুক কপলি
পরশুরাম, ইমাগী পরশুরাম ।
অমুকতা লাকখো, লাকখো অমুকতা ।

চিংবা লৈতিরগী মশানা List অমা তৌরগা মশাগী পৈশানা হিরাকশিংদু লৈরগী। থরানি মতুংদগীদি খুদংগী অমাবা থরাদি লাইব্রেরী সত্যব্রতগী মফমদা লাকপা হৌরক্লী। অমাশিংদা মশানা খংনা লংপা-পৈশা পীবদু সত্যব্রতনা হরাওই হয়ঁউনা অসুম লেই। মাগী মমদে মহাক করিমত্তা মচিন্দা হায়রমদে। মীয়ামশিংদুনা তুমিন তুমিনা ঙাংনৈন মসিবু ডাক্তর নংঙরা করিনো ?

শহরদাদি আইহং থরা থেংনবদি ডাক্তর কৌবুরগদি লাকমিংদ্রে। খুদংগী রা অমুক হায়রবদি কায়নিংঙাই লৈতে। অমাবদু লীগদে রে লাববা ফাওবা ডাক্তরগী রাফম লৈতে। ওলাংথাগী মতমদমা নাপী লীল। শীংবিবু কিরৈ হায়বা, লৌউবগী পদু দনা লঙ্গী হোম্মি হায়বা, নিংথমথাদনা ইংগু হায়বা, অসিতসু নত্তনা খুদংগী লম্বী অহাংবদা চংপা কিরৈ হায়বগুম্বা অসিগুম্বা ওকনিংঙাই ওইবগী রাফমঙংঙা ফরে মসিগী রাফমসি থমখিসি।

মসি পুমনকসি ডাক্তর সত্যব্রত থংদবা নংঙ মশামক মামা নীংথিনা ফজনা থংতি। মমম অসিনা মহাক্কী মফমদা লাকলিবা মশা য়েংবা কাংবুশিংদা মহাক্কা হায় "মামা খুদোংথীনিংঙাই অনাবা ওইরবদি খুদকতা ঐগী ইফমদা থংহনবিরকদবনি নুংমদাং ফনা থে লবসু ঐ চংচগনি। মহাক্কী অসিগুম্বা মীনুংশি লৈরবা বাহৈশিং অসি তাবদা খুদংগী মীওইশিংদু মথুং অনি লোম্নদুনা সত্যব্রতবু যাথফ থোজান পীবগা হনীথরমনী।

মতৌ অসুমা রাণীচ খুদংসিদা ডাক্তর সত্যব্রতনা লৈথরকপাসি মতম ফনা শাংলক্রে। মহাক্কী লমচং রাঙাং লাঙাংনাচংবা ফজংদু উবদা মহাক্কী মফমদা অনাবা মীওইশিংগী মশীং লাকপা নোংমা নোংমগী হেনগংলম্মী, অসিতসু নওনা অমাবা মমদগী কৌবা লাকপনা নুমিদাং নিংথি নুংঙাইনা ভুবা হিরাকাওবা ফংজিল্লকদ্রে। খুদং অদুগী মীওইশিংতা নওনা থরা থাম্মা তাবা খুদং করাদগীসু ডাক্তর সত্যব্রতবু কৌবা লাক্রম্মী।

নোংমা নুমিদাংবাই মতমদনি। খুদং শুমিন্না অহন-লমন্ন থরা ডক্তর সত্যব্রতগী মনাকতা লাক্রগা রায়ী রাঙাই করা শায়রম্মী। অসুম রায়ী রাঙাই শায়রবদগী অহল অমনা হায়রম্মী ইবুংঙো ডাক্তর অদোম্মা নুমিদাং অথেংবা মীচিক মীরাওথোল তাক্লিদ্রবা মতমদা অতোপ্পা মী অমনা কৌবা লাকপগা চংজিনবদি নহাক্কী থমোর অসি করামুক অয়াংবা থাক্কিনো হায়বদু ঐখোয়না খংবা ঙম্মি। মসিগা লোয়ননা ইবুংঙোগী মমল লৈরবা পুম্সি অদুথুদি থরা চেকশন্না চংপিউ। —সত্যব্রতনা অহন অসিগী বাফম অসি তাবদা মহাক্না চংথোক চংশিন তৌবদা বাজবদুগী ওইরগাসে থনদুনা —ঙাইহাক নেক্রগা। স ত্রতনা হেংজিক ঐগী চহী মতাংসি শাজবগী মতম নংঅন খুত্তাই পুংঙো —নত্তে, নত্তে শাই হায়বগী বাফম নংচদে ইবুংঙো। ইনা হায়বনা অতোপ্পা রাফমনি। যেংঙোই ইবুংঙোদি Calcutta দা পোকপা মচানি—ঐনা হায়গদৌরিবসি ইবুংঙোনা থাজবিদ্রগা থাজবিগনু তৌবগীদি পুক্নিংদদি অসুম থম্মু থংনবা লৈতক-লকাই অসিদা অঙক অঙকপা অকিবা থরা থাকাথবগী থোদোক থরা লৈ।

সত্যব্রতনা করিমত্তা মপুক্রংদা থোশাবা লৈতনা নোক্রগা হংলম্মী—অঙকপা অকবা থোদোক ? মদু করমা থোক থিবা ?—নোক্রবা ইবুংঙো ? নোকপম্মী বাফম নত্তে। যেংঙোই ইবুংঙো খুম্বা মঙেং পানম্মা খুদং অসিদা ডাক্তর অমা লাক্রম্মী। অদুবু ইবুংঙোদু থা অমফাওবা খুদংসিদা লৈথরমদ্রে ইথং থংহৌরমনা

নোমেশী অমুকতা মহাক্কী হকচাং অদু পুখৎসিগী ঈশিং মথক্কা জাউদুনা লৈরম্মী।

নত্তে! মহাক মপা মতোমতা শাক্তখিন্না ??— নত্তে। নুমিদাং অথেবেদা লাইনা কৌদুনা পুরগা ঈশিংদা নমদুনা হাংলম্বনি।—য়েংবিউ অদুগুম্বা অকি অথংগী রাপ্পী অদু কয়িসু নত্তে। মদুপুম্মক পুক্লং পীকথদ্রগা লোইরে। মতম্‌সিদা মথং তেকপা অনাবা অমা লাক্লম্মী। সত্যব্রতনা অনাবদু লাইশম্নবগী কম্না খোংনরি। ডাইহাক লৈরগা খুঙ্গংগী অহনশিংদু মহাক্ মহাক্কী ময়ুম মাইক পাংখিরম্মী।

ডাক্তর সত্যব্রত মখোন অনিগী রুম মথক থংবগী কা অমদা মথোমমক লৈরম্মী। মহাক্কীনি হায়বা চহী কুনমুক (২০) শুবা নিপামচা অমা চাক ঈশিং থোংবগীদমক লৈরম্মী। মহাকসু নুমিদাং চাক ঈশিং থোংবরমলগা মমুমদা হনখি। সত্যব্রতনা মতোমতা নুংঙাইদুনা নুমিদাংদুদা চাক ঈশিং চবা থকপা লোইরগা নারী শীংবুম কনাগসু শান্ননি ঙাই লৈত্রবদা ডক্তরগী ময়মদা লাইরিক লাইশু কয়াখোম তুমদ্রিফাও পাগে হায়না পাম্মী। ডাইহাক লাইরিক অদু পাবগা তুমগে হায়না ফম্মুংদা হিপথখিরম্মী, অহিং অদু নোংসু তাপ্প তাপ্প থবা থবা তারম্মী তুমগী নুংঙাইরবা অহিংনি, সত্যব্রত য়াম্না য়াংনা তুমথখিংম্মী। মতম্‌সি খুঙ্গংগী মীওইপুম্না লোইনা তুমখিদুনা মীচিক মীবাওখোল অমত্তা তাখিদ্রে। ইথক থক হৌদনা সত্যব্রতগী মীকপ থোক্লম্মী। কনা চুম্বা অমনা মহাকপু কৌরম্মী ডাক্তারবাবু!— ডাক্তারবাবু —। সত্যব্রতনা থনলম্মী মদুদি কনাগুম্বা অনাবগীদমক কৌবা লাক্লিবনি হায়না। প্রপ্ প্রপ্ হৌগৎলগা থোংনাও হাংলগা মকোক থীজোক্লগা হংলম্মী— কনানো?

মহাক্লা উরম্মী, মীওই অমা লেপ্তুনা লৈরিবদু মফি মরোল য়াম্না নামা লেংলি। মথুক্কা পে (ছাতিন) অমসু পাররম্মী। সত্যব্রত মপুক্লিংদা থম্না ওকলম্মী মদুদি খুঙ্গং অসিদা অসিগুম্বা মীওই ঐনা অমুকক্ষাওবা উত্রে। নত্তে মহাকসি কররম্বা লমদগীনো?

—অমুক, চিংনবানিনা হংলম্মী,—করি পায়গে?

—নিপা'দুনা হায়রম্মী, ঙ ইহাক্তং চংশিনবা যাদে। অনাবা অমা হোংনবা ওমদ্রে।

সত্যব্রত মহাক্কী টর্চ লাইট অদু পায়রগা মখাদা কুমথবক্লম্মী। মথা য়োংবগা লৈরিবা থাংমৈ অদু চুখৎলম্মী থা মৈ চুখৎলগা ডিসপেন্সারীগী থোংজাও অদু হাংদোক্লগা মীওই অদু চংলকউ হায়দুনা চংহল্লম্মী। মীওইদু চংলকপগা সত্যব্রতনা Table দ থাংমৈ অদু থম্লগা Chair দা ফম্লম্মী।
—Chair দা ফমা ফম্না সত্যব্রতনা মীওই'দুদা হায়রম্মী ফমবিউ Chair অসোমদা।

—যারে হৌজিক ফমজবগী মতম লৈজদে হৌজিক থবা য়াংনা চংশিনবা যাদে।

—মফম'দু কদাইদনো?

—মদনহাটিদনি।

—মদনহাটি! মফম অদু কদাইদনো?

—মাংদা চেল্লিবা তুবেলসিগী য়াংমদনি।

—সত্যব্রত বা ঢোন ঙাংদনা তুমিন্না ফমদুনা লেম্মী। থম্লে হৌজিক নোংসু থন্না থন্না চুপ্লবা অতৃতসু নওনা অসুক থেংলবা তাহিংসিদা তেরেল লানলগা চংপা———। —মতম্‌সিদা মীওইদুনা য়াম্না ইং তপ্না অমুক হংলম্মী— করি খনবিরিবগে ডাক্তারবাবু? অদোম চংশিনবা য়াদ্রবনি, নংত্রবদি ঐগী নুপীগী মপা অদু হিংগনি থাজদ্রে।

—সত্যব্রতনা ওপলমা তৌইগুৰসু—— ।

—মতে, মতে হৌজিক তৌইগুৰসু অমাদি খোইগুৰসু কৰি কাম্না থৰ্মবগী মতম নত্তে অদোম অমুক্তং চংশিনবা য়াত্রবনি ·· । —ফত্তে ফত্তে। খুদক্তা সত্যব্রতগী ‵মখল অদু পের্থখুনা Chair দগী হৌগৎলে হেক তৌবদা মতম্মসিদা নুপী অমা কা অসিদা চংলকলম্ম । চহী ২৪/২৫ রোম শুৰগী মওংনি। হায়ফেৎ মশক মাক্তা ফজ। অমুবা শাক্তী পে’নি, অমুবা কুপ্পৎ লীৎনি লেংবান্দা Money bag অমসু য়াম্না মখুত্তসু নুপীগী অমুদা পে অমদ অপিক্তা মতমা অসুক থেংনবা অহিংনিদা মমিক্তা মখুবা Sun glass অমসু উপলমী। মহাক্কী পোরোংদ তৌনা কুহু ওদুনা অমুবা পোৎশবতনা লৈতেংনবা অদু ফমবু ফজৈ

মতম্মসিদা মীওই'দুনা মহাকপু খংহনমম্মী মহাক অসি ঐগী নুপীনি ডাক্তরবাবু মহাক্কী মপাবুংনি হৌজিক নানিবনি ।

—সত্যব্রত য়ামা ওক্লম্মী, মদুদি মপাইবুংতো মশা ওমদনা লৈরগা মহাক্না অসুক য়াম্না কেনা মৌনা ডাক্তার কৌবুগনি লাক্লিবনিবু ??
—খুদক্সিদা মীওইদুনা ঐমা কৌরগা অদোম লাকলোইরা থবথগী মহাক্সু ডাক্তাববাবু কৌবা লাক্লেদনা ·

সত্যব্রত কবি তৌসিগে থনলম্মী । মতমসিদা নুপী’সিনা Table মমাক্তা হোৎচল্লগা মখুৎ অনি লোল্লগা— অদোম অমুক্তং চংশিনবা মাদে ডাক্তরবাবু শেলগীদমক করিগুম্বা অমম্বা ছিংনবিগনু —মাংজৌমনা কত্ত য়োম পীরগা য়ানি —আঃ য়েংজোই শেল পাবগী য়াকম লৎচদে। মতুগী য়াকমগু নুংশিবিদুনা হায়বিম্রবদি য়ুমা য়ন্দি ·· ··· ।

—ডাক্টিপয়ানি। তৌবগীদি অদোম অমুক্তং চংশিনবদি ঐগী পাবুং’দু য়াহৈ’সি হায়গে তৌবদা নুপী অদুগী মখোন'দু য়া ওাংবা খোকখিল্লে। —ফত্তে অদু ওইরবদি অনাবগী মওং অদু অমুকতং হায়বিউ। মদুগী মতুংদা চৎকম খোক্লগা চৎপা হায়বদুনি। করিগুম্বা চৎরগা ছিদাক লাংথক থাবলা য়েংলগা লোইবে অসুম্না কলম'দু হাংদোকপদা কলমগী মসুম অদু Table দা থমগে তৌবদা লৈবাক্তা ডাখিরম্মী। সত্যব্রতনা লোঘদুনা অমঘা অদুদা কোইমা মাদুদা য়েংবদা কলম মথুম অদু ফ লমদে। মথুদগী টর্চ লাইট অদু থানলগা কোইয়েংয়েংবদা টর্চ লাইটকী মাঙমা শদোকখিদুনা মৈথান অদু নুপী অদুগী মখোঙদা য়রম্মী মহাক্কী মখোংদগী ঈশাং শাংবা তৃহাও (শম) থিদোকতুনা লৈবদু মহাক্না উয়ম্মী শম'দু উবদা সত্যব্রত ইঙ্কক ওকম্মী। নুপী'দুগী মাথংদগী শাংবা শাংলবা শম থীন্দোক তুনা লৈবাক'থক্তা তাদুনা লেপ্লিবদু। অসুঘা শালবা শম'সি তাইবং মীগী মক্কমদনি ওই থাকতে। মহাক তাক্হাক্তং মফম মরাং খলকলোইদবগী হৌরম্মী অদুবু সত্যব্রতনা থনশম্মী মতাংসিদদি ঐহাক নাখল লৌশিং চোইবা য়াবা মতম নত্তে হায়ব সি মতমসিদা থরা চেকশিনদুগনি ঐবু কনানসু কনবা লাক্লোই। মশাবু মশানা চেকশিনজরগা কলমগী মথুম অদু পোখংলগা Chair দা ফমথদুনা লৈরে। মতমসিদা নুপী অসিদা Sun glass মনুংদগী হায়ফেৎ য়ে লগা হায়রদই—

—য়াম্না পংথে থেংথবিরগনু ডাক্তারবাবু চৎলসি। লোংথানবগী মতম হৌরকলে

মতমসিদা সত্যব্রত মশোক তা লৌশিং লাবনবা য়াদব- দিনা— —অদু করম্না চৎসিগে ??

—য়ে মিউ, ঐখোয়গা অসুম লোয়নদুনা য়ানসু

রানা খোংনা চংখিনি।

—কররা খোংনা চংকনি। খোংদা ঐগী অনাবা অমা লৈ।

অদু হৈগুমসুং খোংনা চংবদি পাবৈ অতৈদি করিনো? হংদগুদা নৈরক থুনকসিদদি।—আ অদুমা নৌথরো। রারা পংথোপ থাগুনা অমুং পাংনা চংলগা ঐগী পাডুংগী মতুপকী মুনি। মহাক্কী মখা গাড়ী অমা লৈ মহাক্কী মফমদা মখোয় চৎপুনা ঐগী রা হাংউ। মহাক শোয়দনা গাড়ীদু পীবকনি।

অদুগা সত্যব্রতনা হায়রবদা পাবৈ লৈত্রপ্দনা মখোয়দু মন গাড়ী লৌগা চংকনি হায়দুনা য়ুমদুদগী থোকখিবতমক ডাইরি সত্যব্রতনা চেনশিনখিদুনা খোংজাউ অদু গনা লাউনা থীংজনলম্মী, লোয়মনা খোংজাও অদুদা পোৎ চৈ কয়াবোম ডাকশিনলম্মী। মখাগী খোংজাউ অদু থীংবা লোইরমগা মহাক মথক থংবা মহাক্না লৈরিবা কা তাগা চেনথৎখিদুনা খোংনাওন থিংবা থূনাক থুনকতা লোনশিনলম্মী। মীকুপ খুদিং সেকেণ্ড খুদিং, মিনিট অমগী মতুং পুং অমগী মতুং অমুম্না লাইহং অদু কা মরাইদা লেপ্পুনা মমিং অদু অমুকতং উটশিন্নবা কয়বা মতমদা মোংডানগদবা সত্যব্রতনা রারা বানা থাংদুনা লৈরম্মী।

"অদুবু অতকপনি। মখোয়শিং অদু কনাগুম্বা অমত্তা ডাক্তর সত্যব্রতবু অমুক হন্না কৌবা লাকখিদ্রে॥



# কোচনা মনিপুরদা লান্দাবা—

জি চোংথা

খৃষ্টাব্দ ১৫০৪ দা কোচনা * মনিপুরদা লান্দাবক্রবা যাই হাযনা শ্রীযুক্ত রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহনা মোত ফোঙ-দোকপীবি। পাফম অসি কম মক যাম্বা অচুম্বনো হায়বু নৈনর্নিংঙাই ওই। মাগী "A Short History of Manipur" কৌবা লাইরিকী লামায় ৭৭ দা অসুম্না ইবি —

'A problem arises who these Mayang invaders were. We do not think the invaders were Kacharis, for by this time they had not yet arrived in the plains of Cachar. It is likely that the invaders were the Koches. Nara Narayan the famous king of the Koches died in 1584 after a long reign. According to A. C. Bannerjee in the reign of Nara Narayan tributes were realised from some countries including Manipur. But so far we have found no such thing in the records of Manipur. Still it is probable that the fight of 1504 was between the Manipuris and the Koches.'

অহানবদা ঐখোয়না য়েনেনিংঙাই ওইবদি খৃষ্টাব্দ ১৫০৪ দা কোচ লৈবাক লৈবববা অমসুং মতম অত্থগী নিংথৌ কনানো হায়বা অসিনি। হায়রিবা মতম অসিদা কোচ লৈবাক লৈরম্বগী পাফম ঐতিহাসিকশিংনা ইরম্বা উদে।

খৃষ্টাব্দ ১৪৯৮ দা বোঙ্গো লৈবাক্কী মুসোলমান (পাঠন) নিংথৌ হুসেন শাহনা (খৃঃ ১৪৯০—১৫১৯) কামতাপুর লৈবাক্কী খেন শাংগী অরোইবা নিংথৌ নীলাম্বরবু মায়থীবা পীখি অমসুং মচানুপা দানিয়েলদা শাসোন ভার শিন্নরম্লগা হনখি[১]। চহি কয়াযোম মুসালমানশিংনা কামতাপুর লৈবাকসিবু খুদুম চম্লবগে হায়বদু নৈনর্নিংঙাই ওই। খৃষ্টাব্দ ১৫০১—০২ দা মালদাদা মাদাসা অমা হুসন শাহনা লীঙখৎখি[২]। খৃষ্টাব্দ ১৫০৩ দা ভুঁঞাশিংনা দানিয়েলবু মায়থীবা পীখি অমসুং হাৎখি[৩]।

তোইগুম্বসুং মুসালমানশিংনা অমুক হন্না মখোয়গী হাল্লগী খি চৎ অদু ঙাকখি। অদুদগী চহি খরগী মতুংদা থম্নবা অহোম লৈবাক্কী মথক্তা লান্দারম্মী। অদুম্বদি হেরবদা অহোমশিংনা মুসালমানশিংবু মযু ফংনা মাংহনখি অমসুং মায়থীবা পীখি। মায়থীখবগা লোয়ননা মুসালমানশিং কামতাপুর লৈবাক থাদোক্লনা চংখি[৪]। মখোয়না চংখবগা মতম খরদি পীক্ল পীক্রবা কাঙলুপশিংগী লুচিংবাশিংনা কামতাপুর লৈবাকসি শাসোন তৌখি। হৌ ইরুম্বসুং মখোয় মশেন অমগা অমগা শাল শোনদুনা লৈবাক অসি কাং থো চানরম্মী। অসুম্না খৎন চৈনদুনা চহি খর চৎপগী মতুংদা কোচ কাঙলুপকী লুচিংবা বিশ্বো সিংগী (বিশু হায়নসু খঙই। মহাক হায়রিবা মোঙালগী মচানি।) মপাঙ্গল মপোম্নানা প্রথম ওইনা কাঙলুপ পুম্নমকপু মায়থীবা পীদুনা মাগী মখা পোলহনখি। অকোনবদা মহাক্কী ঙমখৈ নোংচুপ্তা কোরোতুপ তুবেলদগীনা নোংপোক্তা বোড়োতুরেল ফাওবা শন্দোকখি। খৃষ্টাব্দ ১৫১৫গী অদুগাইদা কোচ লৈবাক লীঙখৎখি[৫]।

হোরাবিবা কামতাপুর লৈবাক অসি অকোনবদা কোচ শিংনা পানখি হায়দুনা লৈবাকসিবু কোচ লৈবাক হায়না খঙনখি।

মথক্তা পাল্লিবা বাফমশিং অসিদগী থগবা ওয়ে— মুসোলমানশিংনা কামতাপুর লৈবাক অসি চাওরাবা চহি ৬/৭ রোম খুদুম চম্মগনি হায়না নিংহৈ। অদুগা খৃষ্টাব্দ ১৫০৪ দা কোচ লৈরমগনি হায়বা থর খাজবা য়াওনি। মরম অসিনা মতম অসিদা কোচনা মনিপুরদা লান্দাম্লক্তে হায়বগী প্রমাণ ওইগদ্রা হায়না খল্লি।

খৃষ্টাব্দ ১৫০৪ দা কাছাড়ী লৈবাক্কী ভম'খ নোং পাক্তা ডিখো তুরেলদগীনা নোংচুপ্তা কোলোংতুরেল কাওবনী। মতম অসিগী কাছাড়ী নিংথৌ কনার। তাবন্দু লৈনিংখাইনি।[৭] R M Nath কী খোত মতু ইম্না থোবাফানি (খৃঃ ১৫০২-১৭৩১)। কাছারী বুরঞ্জীদসু অমুম্না ইবি। অহোম বুরঞ্জীদনা খুনবাও (ডেকারাজা) হায়না পল্লি[৮]। শ্রীটাপেন্দ চন্দ্র গুহনা খুনথাবা হায়না ইরম্মী। গেইৎকী মোত্তা খুনখোরা হায়না পল্লম্মী[১০]। হায়রিবা নিংথৌ অসিগী মমং অসিগী থক্তক শবাক থেংনবসু থে বাফনি হায়না লৌশিনবদা থোইনা চিংনফম লৈবাইদা খাক। মতম অসিদা কাছাড়ীশিং অসি মাম্না মপাঙল মথৌনা লৈরম্মী। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ১২০৫ দা হৌজিক্কী কাছাড় লমদমদা পাল্লিংগী মমাংদা কাছাড়ীগা মনিপুরীগা লান্থেংনরম্মা মাই। 'নিংথৌ রোল লমবুব'গী বাহনদগী কাছাড়গা মনিপুরগা লান্থেংনখবগী ওইনা পল্লি[১১]। কৌহ্রুমসুং পুম্বা অসিদা 'থোংনাং' হায়না 'মমাং' হায়না পন্দে। 'থোংনাং' হায়র অসি 'ডোঙ্গাং' মরাগ ধনশিরি তুরেলগী মমিংদগী থোরকপ্রা হায়বদু অখত অ হশিংনা থিজিনবিগনি হায়না আপা তৌরৈ। অম্না অমবু ওইরবসু খৃষ্টাব্দ ১৫০৪ দা শোক্লখিবা লান অসি কোচকা মনিপুরীগা নত্তে হায়বা থওবা ওমই। নোঙ্গাম্বা লাইরেনমযুম ইবুংতোহল সিংহনা অমুম্না ইরম্মী, মদু অসিনি —

"In 1504 A D Mayang (Kasaries) invaded Manipur"[১২]

মথক্কী বাফম অসি অচুম্বা ওইগদ্রা হায়না নিংহৈ। মনিপুরগী লৈংথৌ নোংপা নাবা লৈবাক্ত কাছাড়নি অমসুং খুংকন পাঙ্গনবা লৈবাক অমা ওইরম্মী।

হৌজিক্কী কাছাড় ওপাকা করম্না ভাওনা পাল্লমগে হায়বদু লৈননা হুই ওই। R M Nath না অমুম্না ইরম্মী

"Trilochan had two sons Drikpati and Dakshin, the elder was adopted by his maternal grandfather the Kachari king who was heirless and he eventually inherited that kingdom The younger brother Dakshin inherited his father's state but Drikpati claimed this on legal grounds, and in the war that issued on this issue poor Tipperah king was sadly defeated and he had to bid a hasty retreat with his followers to the south beyond the Borail Hills-where he established a new kingdom in the Barak valley with his head quaters at Kholongma some where Silchar His son married the daughter of the king of Manipur"[১৩]

চলুখী হায়না পল্লখী । অতোপ্পা মফম অমদনা অইবা অসিনা কাছারগী অম অসি থুক্টগী চাণীং ওয়াত্ররেংঙ্গী হৌগংলকপদা কাছাড়ী লৈবাক্কী মনুংদা চপ্লখী হায়না ইবখী [23]। তৌইগুমসুং কাছারী বুরঞ্জী [24] অমসুং R M Nath কী [25] মতু-ইগ্না খোয়াফাগী মতুংদা ডেরচোংফা, ডেরচোংফাগী মতুংদা নির্ভয় নারায়ণনা পাল্লি। নির্ভয় নারায়ণ কৌদ্রিগুদা মদন কুঁওয় হায়না খঙনরম্মী [26]। অদুগা শ্রীঅচ্যুতচরণ চৌধুরীনা কাছাড়গী রাজবংশাবলীদা ইরম্মী হায়দুনা নির্ভয় নারায়ণবু প্রতাপ নারায়ণ কৌরম্মী হায়না পল্লখী [27]। তৌইগুমসুং প্রতাপ নারায়ণ হায়বিরবসি যশ নারায়ণগী মিংথোন অমনি। অসিগুম্বু নত্রনা অসি মর্দন অমসুং শত্রু দমন হায়নসু খঙই। মহাক্কী মতমদা মতমদা মাইবংবু কীর্তিপুর হায়নসুকৌবম্মী [28]। রাফম অসিনা শ্রীঅচ্যুতচরণ চৌধুরীগী মোত অসিগী করিগুম্বা যুক্তি অমত্তা লৈতে। বীরদর্প নারায়ণগী মতুংদা মথংগী-না পানখিবা নিংথৌশিংদি গরুড়ধ্বজ, মকরধ্বজ উদয়াদিত্য অমসুং তাম্রধ্বজ নি [29]। মরম অসিনা শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহনা নির্ভয় নারায়ণগী অতোপ্পা মমিং অমনা তাম্রধ্বজ কৌই অমসুং বীরদর্প নারায়ণগী মতুংদা নির্ভয় নারায়ণনি হায়না ইরাম্লবা অসি মথক্কী রাফম অসগী মতু-ইগ্না করিগুম্বা তাক্লো অমত্তা লৈতে হায়জনি-ই।

অদুগা রাফম অমনা কাছাড়ী রাজমালাগী মতুংইন্না ত্রিলোচনবু কাছাড়ী নিংথৌনি হায়না শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহনা ইরমখী [30]। তৌইগুমসুং নিংথৌ অসি ত্রিপুরাগী নিংথৌনি হায়বা খঙবা ঙমখী [31]। রাফম অসিনা শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহনা ইরাম্লবা অসি করিগুম্বা চৈথোক লৈতে হায়জনিংই। মথক্তা লৈরম্লিবা রাফম অসিদগী খঙবা ঙমই মদু খৃষ্ট ১৫০৪ ফাওবদা হেড়ম্বী কাছাড় লমদম অসি তখেলগী মনুং চল্লখী। অচুগা রাহং অমনা "মযাং" রাহুম অসি কপারদগী থোরককপনে অমসুং করম্বা লৈবাকপু খঙনরমগে হায়বা অদু লৈননি-ঙাইনি। 'নিংথৌরোল লম্বুবদা' অসুম্না ইদুনা লৈ, মদু অসিনি— "শত্রু মথু তোনবু মাংলে। মযাং ও কৌযে।" [32]

মসিদা পল্লিবা 'মযাং' রাহুম অসি মতাং নিংথৌজা শলাইগী মনাই য়োইখোংবনা অনাং রায়'শদা শাদানবদা মখোঙ রাজনা তালৈ চাযবগীদমক কৌখিরনি। লোঙ্গাপুনা শ্রীযুক্ত লাইরেনমযুম ইবুংঙোহলনা 'মযাং' চায়বা রাহুম অসি 'মাইবুং' রাহুমদগী লাকপনি হায়না মোত পীরম্মী [33]। তৌইগুম্বসুং নিংথৌরোল লম্বুবা থাগেম্বা লাঙঠে, খাহিডম্বা নাচংবা অরিবা লাইরিক্তা "মাইবং" রাহুম অসিমক থেংনৈ [34]। শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহনা মাইবং কোনুং অসি নির্ভয় নারায়ণগী মতমদা লীঙখৎখিবগী খরীনবা অদু পল্লমমী [35]। তৌইগুম-সুং মহাক্না নির্ভয় নারায়ণগী অতোপ্পা মমিং তাম্রধ্বজ কৌই হায়না ইরম্মী [36]। ইরাম্লবা রাফম অসিনা চয়েৎনবা অমা থোকহল্লি। তাম্রধ্বজনা পানখিবা মতম অসি খৃষ্ট ১৬৯৬ দগী ১৭০৮ যাওবনি [37]। অদুগা অইবনা কাছাড়ী রাজমালাদগী কাছাড়ী নিংথৌ-শিংগী মথ মনাউ ইরাম্লবা অসি য়াম্না থেংই। পীরিবা নিংথৌরোল অসিনা অাইবা অসিবু অচুম্বা লমীংগী খেদোকখিবনি হায়জনিংই। মহাক্না অসিমসু হায়রম্মী ডিমাপুর কোনুং মুংখিবগী চহি ৪০গী মনুংদা মাইবংদা কোনুংলীঙখৎখিবনি। অইখনা চীঙ্গাং'গী মতুংইন্না নির্ভয় নারায়ণনা মাইবং লীঙখৎখিবসু রাফম অসিগী মৈহৌরোনগী প্রমাণ ফংবা ঙমদে [38]। অদুগা খৃষ্ট ১৫৭৬ তা মেঘনারায়ণনা মাইবং কোনংগী ম-থাঙ শাথী হায়নাপল্লমখী [39]। শ্রীঅচ্যুতচরণ

চৌধুরীগী মোত্তা দেশাজ নিংথৌনা ডিমাপুরদা পাল্লিরৈদো খৃষ্ট ১৫৩৬ তা অহোমশিংনা লান্দাারকপদগী মায়বীর-দুনা ডিমাপুর থাদোকখি অমসুং মহাক্কা মাইবং কোনুং লৌশিংখি[৪০]। অইবনা পাল্লবা দেশাঙ্গ হায়রিবসি ডেরচোঙফা নি। খৃষ্ট ১৫৩৬ তা অহোমগা লান্থেং নখিবা মতম অসিদা কাচাড়ীনিংথৌদি ডেবচোঙফানি[৪১]। হায়রব চাং অসিমক্তদা ডেংচোঙফা অহামগী মখুত্তা শিংখি[৪২]। অদুবু কাছারী বুরঞ্জীদা ইরম্বিবা শোকাব্দ ১৪০৮ অসি উনমগী অশাইবা ওইরম্বা যাই। মরমদি বুরঞ্জী অসিগী অধ্যায় ৩ শুবদা শোক ১৪১৫-১৫২৫ মনুংগী নিংথৌশিংগী মরমদা হৈবি। Gait না ডেরাচোঙফাবু ডেংসুং (খৃ ১৭৩১ ১৫০৬) হায়না পল্লম্মী[৪৩]। মহাক্কা মাইব কোনুং লৌশংখিবগী মতাংদা অস্মা ইরম্মী—

'In 15‾6 Detseenq quarrelled with Ahoms who again ascended the Dhansiri and sacked Dimapar Detsung fled, but was followed captured and put to death After this invasion, The Kacharis deserted Dimapur and the valley of Dhansiri and retreated further south established a new capital at Maibong "[৪৪]

মথক্কী রাফম অসিনা তাকপদি ডেরচোঙফাগী মতুংদা পানখিবা নির্ভয় নারায়ণনা মাইবং কোনুং লৌশংখি হায়না লৌবা যাই। নিংথৌ ওইদ্রিঙগী মমাংদা মহাক্কী মমিং মদন কুঁওর কৌরম্মী। কছারী বুরঞ্জীদা নির্ভয় নারায়ণনা শোক ১৪১৭ দা লক্ষ্মীন্দ্রপুরদা নিংথৌ ওইখি[৪৫]। হায়রিবা মতম অসিদা চুহুংমুংনি (খৃ: ১৪৯৭-১৫৩৯)। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমনা ডিহিঙ্গিয়া নিংথৌ হায়নসু খঙনৈ। রাফম অসিনা বুরঞ্জী অসিদা ইরিবা শোকাব্দ ১৪১৭ অসি লাপ্নি। লক্ষ্মীন্দ্রপুর অসি মাইবং লমদম অসিরা নত্রগা অতোপ্পা মমিং মফম অমরা হায়বদু খর লৈনা থোকই অদুক্কপদ মসি মাইবং ওইরমগনা খল্লে। অমা অমবু ওই রবসু মাইবং কোনুং অসি নির্ভয় নারায়ণগী মতমদা লৌশংখি হায়না লৌবদা থোইনা লাক্লোইদ্রা খল্লে। R M Nath কী যোত্ত মতুং ইন্না হায়রুমবাদি নির্ভয় নারায়ণনা পানখিবা মতম অসি খৃষ্ট ১৭৪৪ দগী ১৫৫০ ফাওবনি হায়না ইরম্মী[৪৬]। তৌইপুকসুং ডেরচোঙফানা (১৫৩১-১৫৩৬) শিখিবা মতুংদা নির্ভয় নারায়ণনা নিংথৌ ওইখি হায়বসি ঐখোয়মা মথক্তা নৈনখিবা রাফমশিংদগী খঙবা ঙমই। অদুগা খৃষ্টাব্দ ১৫৭৬ তা মেঘ নারায়ণনা মাইবং কোনুংগী মথোক্ত শেখখি। মথক্কী রাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই মদু নির্ভয় নারায়ণনা পানখৈগী মমাঙ্ক ফাওবদা মাইবং মিং অসি কয়া খক্তনগ থুম লেঙ্ক হায়নসু নিংঙ্গে। খৃ: ১৫৩৬ কী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরীশিংনা ময়াং' রাদুয় অসি শিঙ্জিন্নরক্তে হায়বা ঐখোয়গী পুয়া কয়াদগী খঙবা ঙমই। রাফম অসিনা 'মাইবুং' নত্রগা 'মাইবং' রাহয়দগী 'ময়াং' লাহয় অসি কাক্কমদবা যানাইদ্রে।

হেক্তিক 'ময়াং' রাহয় অসি কদায়দগী লাকপনো হায়বদু য়েংনিঙ্ঙাইনি। রেন্তাঃ এস এস এনডলেনা অসুম্না ইরম্মী—

'The original home of Morans is said ts have been at Mongkong (Maingkhwang) in the Hukong valley at the upper reaches of the Chindwin river, where some centuries ago

resided three brothers Moylang, Moran and Moyran Of these Moylang the eldest, remained in the Hukong Valley, whilst the youngest, Moyran the second brother, passed the patkoi range into Assam and settling on the Tippuk river, became ancestor of or at least gave it present name of the Moran tribe But however this may be, it is fairly certain that, when the Ahoms passed into Assam about the middle of the thirteenth century, they at once came into conflict with the Morans whom they seem to have sub dued with but little difficulty " [৪৭]

মথক্কী নাফম অসিগী মতুংইমা অহাম্ভা লাকচিন্নৈগী ময়াঙদা আসামদা ময়াংখোং লমদমদগী মোরান কাণ্ডলুপ অসি লাক্লে হায়বা খঙবা ওয়ই। অদুগা W W Hanter গী A Statistical Account of Assam গী নাইরিক্তা লোগীও জিলাগী মনুংচনবা লমদমদা "ময়াং" কৌবা খুন অমা লৈবগী বা পল্লি। হৌজিকসু হায়রিবা খুন অসি লৈরি। কনাগুম্বা অইবা অমনা ময়াংখোং মোরান ফুরুপকা মরী লৈনরকপদগী 'ময়াং'রাহুয় অসি থোরকপনি হায়না মোত পীরি ৪৮। হায়বিবা নাফম অসি চুম্লবা ঝানা লৈ। অদুবু লোগীও জিলাগী "ময়াং" কৌবা খুঙং অসি ময়াংখোংগী মোরান কাণ্ডলুপকী মিংথোন্দগী ল কপনি হায়বসি চংনবিনংঙাই লৈতব'দ ঝল্লে।

অদুগা মোরান কাণ্ডলুপকী মতাংদা R M Nath না অসুমা ইরম্মী, মদু অসিনি—

"The Morans were very likely a remnant of the ancient Austric Moria clan intermixed with the Bodos. They were really the Mei-Morias (Mei-Mi=men, people), and were later on known as the Maya-Morias or the Moa-Morias It has been endeavoured to interpret the term as having reference to Maya The occult art or to Moa a Kind of fish but it is really a corruption of the Austric Mei-Moria . As stated before, the portion of the country under the occupation of the Morans, was considered to be the apex of the head of the mother country according to the conception of the Austrics The Sanskrit word for head was "Mastaka'—and the word was pronounced locally as "Mahtaka'—hence the country was known as Mahtak or Motak country [৪৯]

"The Moria seet of the Austrics who were originally known as the Mei-Morias settled in the north eastern part of the country which was later on known as the head or the Mahtak or Matak country Later on, they mixed up with the Bodos and other tribes and were known as the Morans, while their tribe name was transformed from Mei-Moria to Maya-Moria or Moa-Moria . .

Some scholars have endeavoured to interpret Maya or Mao with reference to black-art " [৪০]

R M Nath কী মোত মতহৈমা নৈনমুরবদি মোরিয়া হায়রিবা অসি ওন্ত্রিক কাঙলুপনি অমসুং মখোম অসি খেংডো অমসং অতোপ্পা কাংলুপশিংগা তিন্নখিবদগী মোয়ান কাংলুপ অসি ওইখিবনি হায়না লৌবা যাই। অদুগা মখোয়গী লৈবাক্তি আসামগী অনা• মোংপোক লমদমদা লৈখি। বাফম অসিনা মযাংখোং মোয়ানগী কাংলুপশিংগী মমিংদগী 'ময়াং' নাহব অসি লাকখিবনি হায়না লৌশিনবস লনা থোকই। অদুগা নোংচুপ ফাওবা মনংচনবদা লৈরিবা 'ময়াং' থুম• অসি কনাগা লৌতথখিবনো হায়বদু শোংনবি•ভাই ওই। হায়রিবা লমদম অসি মোয়ান কাংলুপনা লেমখিবনি হায়বগী করিগুম্বা মতীক চাবা প্রমাণ হৌজিক ফাওবা ফংবা উমদ্রে। তৌইগম্মসুং 'ময়াং' লমদম অসি বাঙ্গালা লৈবক্কী নিংথৌ জোয়পা-লগী (খৃ ৮৫৪) লাঙ্কিংলেন মোয়াননা লৌতথখিবনি হায়না R M Nath না অসুম্না ইখ্রী—

"Rama Pala, the king of Bengal, took advantage of these fifth columnis s and at a weak moment of the king Kamrupa when after Dharma Pala had renounce ' the world and Joypala cam to the throne-he sent his general Mayan with a strong army to invade Kamrupa Poor Joypala was easily ousted and Mayan established a town at Kajali Mukh east to Gouhati and named it Mayangarh which was peopled by his Buddhist—Tantric emissaries The place is new called Mayang and is still looked upon by the Assamese people with a disdainful awe as a dangerous witchcraft " [৪১]

মথক্কী বাফম অসিদগী থঙবা ওমই মদু জোয়পালগী (খৃ: ৮৫৪) লাঙ্কিংলেন মোয়াননা লৌতথখিবা 'মোয়ান গোড়' হায়বা বাহবদগী 'ময়াং' নাহম অসি লকখ্রবা যাই। জোয়পালনা লোন্দারকপা মতমদা কামরূপ লৈবাক্তা শালস্তম্ভ শাগেগী নিংথৌ জোয়মাল (৮৫২ খৃ:-৮৬৮) না [৫২] পল্লম্মী হায়না লৌবা যাই। হায়রিবা শাগ অসি ম্লেচ্ছনি হায়না পল্লি। বাফম অসিনা 'ময়াং' হায়বা নাহম অসি ময়াং খোংগী মোয়ান কাংলুপগী শাক্রমণবা য়ানা লৈ।

অদুগা বাফম অমনা হৌজিক্কী গোহাটীগী মনাক্তা লেলতোলাদা লৈরিবা মইবাং হায়রিবা লমদম অসিগী মমিং দ লৈসু ময়াং নাহব অমসু লাক্লিংগাই ওই। মসিদা মহৌবঙ্গ দানবনা পাল্লম্মী অমসুং মইরাংকনা মাগী মন্ত্র ওইবা লৈফমনি। বেলতোলাগী মনু দা মইরাং কৌবা চীংঙ্গা অমা লৈ। মতম অসিদা পানখিবা মীওইশিং অসি কিরাত কাংলুপনি হায়না অমাম্মা অথঙ-অহৈ-শিং না মোত পীখিন। তৌইগুম্বসুং মইরাং লমদম অসি ওন্ত্রিক কাংলুপকী লৈবাকনি অমসুং মইরাং নাহব অসি Bodo origin নত্তে হায়না অথঙ অহৈ থরনা মোত ফোঙদোক্লি। হায়রিবা মইরাং অসি তশেংবাদ খাসি মিংনি অমসুং হৌজিক Nongkhlaw State কী headquarter নী। মফম অসি থাংনরৈ-দগী মমিং চংলক্লবা লমদম অমনি। মসিগী মরমদা H Barch না অসুম্না ইরি—

"Mairang situated in modern Beltola near Gauhati was a well known kingdom, its founder being Mahirangadanava with headquarters at Mairanka There is a hill called Mairang Parbot in Beltola which infers its historical character His successors in chronological order were Hatak, Sambara Ratna and Ghatak Asura How this kingdom came to an end is not known but according to Gait it was seized by Naraka from the kiratas Probably the Kirates replaced the Austrics to whom the kingdom originally belonged Mairang is not of Bodo origin as stated by some writers Mairang is purely Khasi name as is suggested by the existence of Mairang, now head quarters of Nongkhlaw State Mairang is important because it has a monument of Tirot Singh, recently constructed by the people of that State The Khasis used to carry their place name in course of their migration

originally Mairang appears to have been a Non Aryan kingdom If the Khasis had settled at Mairang, Kamakhya and nearby, it would appear reasonable to assume that they had started their own kingdom with dynastics long before they entered the hills"[৫৩]

মথক্কী বাফম অসিগী মতুংইন্না নৈনরুরবদি মইরাং লমদমদা লৈবমা মীওইশিংগা মনিপুরীশিংগা মরী লৈনরমসু যাই। H Bareh না মতম অদুদা লৈবমা মীওইশিং অসি ওষ্টিক কাওলুপকী মনুং চনবা খাসি জাতিনি অমসুং Mairang রাহস্ম অসি বোড়োলোন নত্তে হায়না লৌশিল্লিবা অ'স চিংনিনিংঙাই লৈতরদি নত্তে। ঐতিহাসিক ডঃ বাণী কান্ত কাকতীনা Mai-rang রাহস্ম অসি Bodo Language নি হায়না মোত পীরি[৫৪]। Mai-rang হায়বদি মৈ নহপা চেং (rice) হায়বনি। R M Nath না Mai Bongগী রাহন অসুম্না পীরম্মী মদু অসিনি —

"Mai Paddy Bang (Plenty)= Maibong"[৫৫]।

মথক্কী বাফম অসিদগী খঙবা ঙমই মদু Mairang রাহস্ম অসি বোড়োলোন ওইরবা য়াই। বাফম অসি থিজিন্নিঙাই ওইরি। অমা অমবু ওইরবসু Mairang রাহস্মদগী 'মন্নাং" রাহস অসি লাক্রম্নেই হায়বা যাদ্রি। রাফম অসিনা ঐখোযনা "মথা " লাহস্ম অসি কদায়দগী লাকপানা অমসুং করম্না কাওলুপকী লোন্না হায়বত্র লুনা থোকই। অদুগা 'মোয়ান" হায়বা কাওলুপকী মিং অসিমক চৈথারোল কুম্বাবদা মখেকশেংনা পল্লমনা[৫৬] 'মনা-খেংগী মোয়ান' দগী "মন্নাং রাহস্ম অসি লাক্রমদবা য়াদা লৈ। য়াম্না খাজনিংঙাই ওইবদি "মন্নাং" রাহস্ম অসি মোযাননা লীঙখৎলম্বা "মোযানগোড়" (মন্নাং) লমদম অসিগী মায়দগী লাক্রবা যাই। মতম অদুদা কবশা জাতিনো হাযবদু চিংনিনিংঙাই লৈত্তনা হায়বা ঙমদ্রবসু চাউবাক্লা কাছাড়ী জাতি ওইরবা যাই। করিনা অ হায়শিংনা লাক্লৈগী মমাঙদা আসাম তম্পাক্তা কাছাড়ীশিংনা য়াম্না থংকন পাঙম্না পাল্লম্মী হায়বা মেহৌরোন্দগী খঙবা ঙমই। অমা অমবু ওইরবসু "মন্নাং" হায়রগা ঐখোয়না মবুওইনা কাছাড়ী জাতি অমদি লৈবাকপু খঙনরম্মী। অদুং

শ্রীযুত রাজকুমার ঝল্লাজিৎ সিংহনা "ময়াং" বাহর অসি নোংচুপরোমবদা লৈবা (Westerner) মীওইশিংত্তবু ওইনা মোতপীরি [৫৭]। অদুম্ন'দ ওইরবদা মমাংতৈংদা কাছাড়ীশিংবু "ময়াং" অমসুং মখোয়গী লৈবাকপু 'ময়াং লৈবাক" হায়না কৌনরম্মী হায়না লৌবা য়াই। "খাহি ঙবা" অরিবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি—

"তেখাও-ময়াং চাট্টিগাও হায়রিবা অতুম অসিদি স'হেব ঈথোয়গি লৈবাকনি"।[৫৮]

রাফম অসিনা তাকপদি "ময়াং" হায়বা াহর অসি কাছাড়বু খঙতল্লি। হৌজিকস্ কাছাড়ত্তু "ময়াং লৈবাক" হায়না কৌনরি। মরমদি চহি চা কয় বোম লমদম অসিদা কাছাড়ী জাতিনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। অদুবু হৌজিক্ত ময়াং" হায়বা াহর অসিগী য়াহন থেন্নরকপাত্তম তৌরে হায়রদি মণিপুবগী লো চুপ রোমদ' লৈবা লৈবাক অমদি মীওইশিং ত্তবু খঙনা'য়। খুদম ওইনা হায়রবদা মমাঙ'ঙদা বাঙালী জাত অ'সু' বাঙ্গালা লৈবাকপু "পাঙন" হায়রগা খঙনরম্মী। অদুগু মতুংদা ইসলাম ধর্ম চংপা মীওইশিংত্তবু "পাঙন" হায়রগা খঙনখ্রে। মরম অসিনা খৃষ্টাব্দ ১৫০৮দা মণিপুবদা লান্দারকপসি কোচ নত্তে, মসি কাছাড়ীনি হায়গদবা ওই।

কোচকা মণিপুরগা ইহান হান্না মরী লৈনখিবসি খৃষ্ট ১৫৩৭ ত্তনি। মতম অত্তদা মণিপুরগী নিংথৌদি কবোম্বা (১৫২৩—১৫৪২) অমসুং অহোম নিংথৌদি চুহং মুংনি (১৭৯৭ ১৫৩৯)। কোচ নিংথৌ বিশ্ব সিংহনা মণিপুর নিংথৌদা লাইবার থাদুনা মরী লৈনখিবনি। মসিগী মরীদা Gait না অসুম্না ইরম্মী—

"In 1537, the koch king Bisva Singh and his brother are said to have Visited the Ahom Raja and offered him presents. They were given presents in return, and were escorted back by a guard of honour In the same year envoys were sent to the Raja of Mon'pur, and presents were exchanged" [৫৯]

অদুগা কোচ নিংথৌ নরনারায়ননা লান্দারকখি হায়রিবা মতম অসি চপচানা হায়বা খর লুনা থোকই। কোচ নিংথৌ নরনারায়ননা অহোম নিংথৌ চুখামফাগী মথক্তা লান্দামবগী মমক খৃ ১৫৬২দা মাগী লক্ষী ভেঙ্গোল অমা থারম্মী। মথংগী চহি জানুয়ারী থাদা (খৃ: ১৫৬৩) লাজিংলেন চিন্নাবায় মশামক্তা লুচি দুনা অচৌবা লাক্ষী ভেঙ্গাল অমা পুরগা অহোম শিংবু মায়থীবা পীরম্মী [৬০]। অদুদগী মথং মথং কাছাড়ী মণিপুর, জয়ন্তীয়া লৈবাক্লাচংবা খুদুম চনখি। তৌইগুম্বসুং মণিপুরগা কোচকা হকথেংননা লানদি শোক্লখিবা লৈতে। লাইবার থারত্তুনা মণিপুর নিংথৌবু লোইপোং হাংন খিবনি হায়না Gaitনা অসুম্না ইরম্মী, মদু অসিনি—

"Messengers were sent to the Raja of Manipur Calling on him to submit and pay tribute, and the Raja, feeling himself too weak to oppose so powerful a prince, at once complied with the requisit'on His tribute was fixed at twenty thousand rupees, three hundred gold mohars and ten elephants" [৬১]

অদুগা ড এস কে ভূঞানদি অসুম্না ইরম্মী, মদু মশাগী অইবা লোন দা অসিনি—

"Manipur first emerges in the

written accounts of Assam in connection with the conquering expeditions of King Naranarayana of Cooch Behar and his brother prince Sukladhwaja They overran the territories to the south of Assam The Raja of Manipur is reported to have established friendship with Cooch Behar by promising to pay a land some tribute in money and elephants" [৬২]

মথক্তা পীরিবা ঐতিহাসিক অনীগী মোত অসি খর থেমরবসু মণিপুর নিংথৌনা লোইপোৎ হাখিবগী বা ওইনা পল্লি। তোইগুম্বসুং মসিগী বাফম অসি হৌজিক ফাওবদা ফংজিবা মণিপুরগী অরিবা পুয়া কয়াদা কোচনিংথৌগী মফমদা লোইপোৎ হাখিবগী অমসুং মরী লৈনখিবগী রা অমত্তা পনবা থেংনদে। অসিতম্ নত্তনা অসমীয়া লোনগী অরিবা লাইরিক "কামরূপর বুরঞ্জী" দসু নরনারায়ণ অমসুং চিলারায়গী দিগ্বিজয় মতাংদা মণিপুর থুদুম চনখিবগী রা য়াওদে [৬৩] অদুগা মতম অদুদা হৌজিক্কী মণিপুর লমদা অসি মণিপুর হায়না খঙনদ্রি [৬৪]। অমা অমবু ওইরবসু কোচনা মণিপুরদা লাইবাক থারকপা মতম অসি চাউরাক্না খৃঃ ১৫৬৩ দনি হায়না লৌবা য়াই। মতম অদুদা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌদি মুংয়ামবা (খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭)। হায়রিবা নিংথৌ অসি অয়বা নিংথৌ অমদি নত্তে, অবা লৈবাক্তিবা থুদুম চনবা ওমখিবা থৌনাফমবা নিংথৌরেন অমনি। বাফম অসিনা কোচ নিংথৌনা লাইবাক অমা থারক্লগা মণিপুর নিংথৌনা ফিদুনা হেক্ক লোইপোৎ হায়মগনি হায়বসি থাজবা খর য়াংজি। অদুমকপু মসি কোচ নিংথৌনা মরূপ ওইনবগী দমক লাইবাক থারকপা ওইরম্বা য়াই। মদুদা নিংথৌ মুংয়ম্বনা মরূপ শাম্নবগী নুংঙাইবা ওইনা থুদোল পোৎ ওইনা পীরমসু য়াই। করিনা, খৃষ্ট ১৭০৭তা কোচনিংথৌগা মণিপুর নিংথৌগা মরূপ ওইনখিবগী অদু নিংশিংদুনা কোচ নিংথৌ নবনারায়ননা মপা হাত্তা লৈনখিবা মরূপ ওইনবগী মরী অদু তৎনদনবগীদমক মহাক্কী লাইবাব থাংক্রম্বা য়াই। মসিদা কোচকী দরং রাজবংশাবলী" হৈরম্বা অইবা তদুনা নিংথৌবু পেমহত্নবগী অমদি থাগৎতুনা ইশিল্লম্বা যাই। মসিগী মথংদা মণিপুরগী মৈথৌরেন্দা কয়াগুম্বা প্রমাণ অমত্তা ফংদবনা চিংনরিং ঙাট লৈতনা হায়বা ঙমদে।

মথক্তা লেনখিবা বাফমশিং অসিদগী ঐখোয়না তশেংনা হায়বা ঙমই, মদু খৃষ্ট ১৫৩৪দা কোচনা মণিপুরদা লান্দারক্তে, মসি কাছাড়ী ওইবমগনি।

---

* কাছাড়গী মনিপুরীশিংনা কোচশিংবু মেয়াং' হায়রগা খঙৈ।

১) History of Assam—Gait – P 44,

২) মথক্তা য়াউফম—P 45,

৩) The Background of Assamese Culture–R M Nath - P 52,

৪) History of Assam—Gait—P 45, 58,

৫) মথক্তী য়াউফম—P 48,

৬) The Background of Assamese Culture—P 72,

৭) কাছাড়ী বুরঞ্জী সম্পাদক ডঃ এস, কে, ভূঞা—পৃঃ ১১, ১৩, Synopsis—P 128

(৮) Ahom Buranji—Rai Sahib golap Chandra Barua—P 60,

৯) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত—পৃঃ ৮১, ৯১ ৯৬,

১০) History of Assam—PP 91 249,

১১) নিংখৌবোল লমবুবা—সম্পাদক ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ—লাঃ ২৩৮

১২) Introduction to Manipur—P 162,

১৩) The Background of Assamese Culture PP 77-78,

(১৪) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত— পৃ ৩১,

(১৫) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত —২য় ভাগ—১ম খ. ৪র্থ অধ্যায়—পৃঃ ৪৮

১৬) History of Assam—P 252,

১৭) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত উপসংহার কাছাড়ের কথা—পৃঃ ৯৯,

১৮) The BacKground of Assamese Culture-The Kacharis Chapter-P 15 Antiquities of Cachar—PP 18 24,

১৯) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত পৃঃ ৬২,

২০) The Background of Assamese Culture Chapt XIV—The Tipperah—P 81

২১) The Background of Assamese Culture — P 74

২২) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত পৃঃ ৮৯- ৯০

২৩) মথকী রাউফম—পৃঃ ৬১

২৪) ডঃ এস, কে ভূঞার সম্পাদন ভোবা— কছারী বুরঞ্জী— Introduction PP, XXI—XXII, তৃতীয় অধ্যায় – পৃঃ ১১ —২০

২৫) The Background of Assamese Culture PP 72 - 73 Appendix I—XIV—The Kachari Dynasty – P 2

২৬) সম্পাদক ডঃ এস, কে, ভূঞা — কছারী বুরঞ্জী পৃঃ ১৯ ২০

২৭) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত—উপসংহার—কাছাড়ের কথা ৯৯-১০০

২৮) মথকীরাউফম— পৃঃ ৯৯, ডঃ এস, কে, ভূঁঞা কছারী বুরঞ্জী—পৃঃ ২১-২৫, E Gait-History of Assam PP 252-253

২৯) মথকী রাউফম —Appendix-A P 366 সম্পাদক ডঃ এস কে, ভূঞা — কছারী বুরঞ্জী পৃঃ ৩৩ ৩৭, The Background of Assamese Culture—Appendix-I P 2

৩০) কাছাড়ে ইতিবৃত্ত পৃঃ– ৮৯,

৩১) R M Nath—The Backgroud of Assames Culture P 77, রাজমালা বা ত্রিপুরার ইতিবৃত্ত — কৈলাসচন্দ্র সিংহ—২য় পুনমুদ্রণ—১৩৯০ বঙ্গাব্দ—পৃঃ ৩৯ ৬০

৩২) সম্পাদক ওই নাম ভোগেশ্বর — নিংখৌরোল লমবুবা লাঃ ১৭০

৩৩) Meaning of Mayang—PP, 21, 23

৩৪) সম্পাদক ওইনাম ভোগেশ্বর --নিংখৌরোল লকবুবা লাঃ ৩০৪ ৩৩৩, খাগেম্বা লাংজৈ—লা ৮৭ সম্পাদক মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ খাহিংবা লাঃ ৫

৩৫) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত পৃঃ ৮৯

৩৬) মথকী রাউফম—পৃ ৮৯ ৯০

৩৭) সম্পাদক এস কে, ভূঞা—কছারী বুরঞ্জী—পৃঃ ৫৯ —১১৩ R M Nath The Background of Assamese Culture—P 74 Appendix I XIV The Kachari Dynesty P 2 E Gait—History of Assam—Appendix-A P 366 (মহ কীর্ত্তোভা খৃঃ ১৭০৬ পোনবা)—১৭০৮ (লিবা)

৩৮) কাছাড়ের ইতিবৃত্ত—পৃঃ ৯৩-৯৪

২৯ মথকী রাফম পৃঃ ৯৪, R M Nath The Background of Assamese Culture P 73

৪) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত—উপসংহার কাছাড়ের কথা—পৃঃ ৯৭-২৫

৪১) সম্পাদক ডঃ এস, কে ভূঞা—কাছাৰী বুৰঞ্জী পৃঃ ১১-১৫, R M Nath—The Background of Assamese culture—P 72 Appendix I-XIV-The Kachari Dynasty—P, 2
৪২) মথক্কী মাউফম ,
৪৩) History of Assam—P P 249, 366,
৪৪) মথক্কী মাউফম—P 249 ,
৪৫) ডঃ এস, কে, ভূঞানা সম্পাদন তৌবা—কাছাড়ী বুৰঞ্জী—পৃঃ ২০
৪৬) The Background of Assamese Culture PP 72-73 Appendix I XIV-The Kachari Dynasty—P 2
৪৭) The Kachari—P 88
৪৮) সম্পাদক রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ—অয়ংবী ঈচেল ১৯৮২ ই—দি মৈয়া মৈয়া লৈপাকতা মৈয়া লৈতে লাঃ ৬০ ৬৫ ,
৪৯) The Background of Assamese Culture—P, 60,
৫০) মথক্কী মাউফম—PP 2, 13 19
৫১) মথক্কী মাউফম—P 47
৫২) E A Gait -History of Assam—Appendix P 263
৫৩) The History and Culture of the Khasi people (1985)-P 31
৫৪) Assamese, its formation and Development P 51 ,
৫৫) The Background of Assanese Culture P, 17, 73
৫৬) সম্পাদক নোংমাইথেম কাঠয়েনমচা ইবুংহোহল সিংহ অমসুং শ্রীমি থোংথোংজম খেলচন্দ্র সিংহ লৈখারোল কুমাখা লা—১৪৫ ১৪৬ ,
৫৭) A short history of Manipur—P 76
৫৮) সম্পাদক নোংমাইথেম খোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ—বাহিংখা—লাঃ ৬৯ ,
৫৯) History of Assam – P 96
৬০) মথক্কী মাউফম—PP 52 100
৬১) মথক্কী মাউফম—PP 52-73
৬২) Studies in the Literature of Assam—P 99 ,
৬৩) সম্পাদক ডঃ এস কে, ভূঞা—কামরূপর বুৰঞ্জী—পৃঃ ১২
৬৪) ঐনা হঙবা হোংবা শিংবা ... লৈরিবা—মণিপুরগী মমাংকৈগী মি থোন ।

---



---



# কাছাড় মহারাণী ইন্দুপ্রভা— মঙ্গাং রাণী

রাজকুমাব শ্রীস্নাহল বি,কম

মহারাণী ইন্দুপ্রভা কনানো ? মহাক অসি মনিপুরগী নিংথৌ মধুচন্দ্র( ১৮০২-১৮০৩ইং ) গী মচানুপীনি। মহাক অসিবু কাছাড়গী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র (১৭৮০-১৮১৩ইং ) দা লুহোংদুনা থাজরমই।

মহারাজ কৃষ্ণচন্দ্র না লোপাপ্তবদা মনাউনুপা কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র (১৮১০-৩১ইং) গী মহারানীসু ওইখি মহাক অসি। নিংথৌ মনি মনাউ অনিমক্কী মথং মথং মহারানী ওইখিবী ইন্দুপ্রভানি।

নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র অমসুং নিংথৌ গোবিন্দচন্দ অনি অসি কাছাড়গী নিংথৌ রামচন্দ্রসু কৌবা সন্ধিকাবীসু (১৭৬০-৭১ইং) কৌবা নিংথৌগী মচানুপা অনিনি। মতাং অসিদা নিংশিংবা রাই মত্থদি সন্ধিকাবীনা কাছাড়গী নিংথৌ ওইদুনা পানবা মতমদা অরা লানগাইংনা মরম ওইদুনা মনিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা মনিপুর থাদোক্নুনা হাযরিবা কাছাড়গী নিংথৌ অসিগী কোনুংদা চংজখম লৌখি।

মহারানী ইন্দুপ্রভানা কাছাড়গী নিংথৌ মচিন মনাউ অনিদা লুখাম্দুনা কাছাড়গী মবেম্মা "মঙ্গাং রাণী" ওইনা লৈখিবা অসিদগী চৌনা কাছাড় অমসুং মনিপুরগী লৈনবা মরীহেন্না চেকশিন হনখি। কাছাড়গী ইতিহাস ইবা মীওইশিংনা লৈবাক অনি লৈনবা মরী হেন্না চেকশিনহনবতা নত্তনা কাছাড় লৈবাক্কী লৈঙা তাননবগী মরমসু ওইখি হায়রি।

ইন্দুপ্রভা হায়বা বাহি অসিগী অর্থদি থগী মঙাল হায়বনি— মিংগা শক্লা চুনিম। মহারানী ইন্দুপ্রভগী মশক অসি কয়াম্মুক ফজবগে হায়ববু মতম অদুগী কাছাড়দা লৈবা বাঙালী শিংনা চিঙ্গাং তৈরনা ঈশৈ অসি অসুম্না শক্লরমই—

হোমালি খোদচাওনী পোইতে ?<br>
কাতি ফাগুন বার চাইতে<br>
ওবে নানা আর লাগেনা<br>
ইন্দুপরভা রানী রইতে।<br>
বৈদা মাইয়ার রাতির চান্দ<br>
কোইনো গেলে পাইবার ফান্দ<br>
ইন্দুপরভা দেশের রানী,<br>
দেইখ্যা আওনা নানা মানী ॥

চিঙ্গাং তৈরনা শক্লরকপা লোকগীত অসিদা হায়রিবদি অসিনি—

নখোয়না সনা ফুদোংলবা নুমিৎকী মঙাল উনিংদ্রা ? উনিংলবদি বসন্ত অমদি শরৎ ঋতু ভাইদনা চৎলু অমসুং য়েংউ রানী ইন্দুপ্রভাবু।

অদুগা কালেনগী থায়রাইগী অহিংদা পুক্লিং হুরবা পূর্ণিমাগী থাবলগী মিংথিরবা অঙৎপু উজরগা নুঙায়রবা পামলবদি তৌখি খিদুনা লৈথোক্লনু হিডমবা রানী অসিগী মনাক নকশিল্লু অমসুং মহাক্কী মশক য়েং উ।

কাছাড়গী কাছাড়ী ইতিহাসকার অমনা মহারাণী ইন্দুপ্রভাগী মগুন লৈবা অমসুং মশক মতৌ চংথোনবা অসিবু উবগা মহাকপু Catherine of East Indian Princedom হায়না শীংথাখি।

মহারাণী ইন্দুপ্রভাগী খংবাই হেন্না শীংথোবা রাবা ক।

ইতিহাসকী থোদোক্তি কাছাড়গী নিংথৌ অমসুং কাছাড়ীশিংনা চংলবা শাক্ত ধর্মবু নমহৎলগা বৈষ্ণব ধর্মবু চৎহনখিবা অসিনি। মনি মহারানী ইন্দুপ্রভাগী অচৌবা দান অমনি।

মহারানী ইন্দুপ্রভা অসিবু মখাং নিংথৌদা ওংই হায়দুনা মনিপুরদা মহাকপু "মমাং রানী" হায়না খংনখি। হন্দক্কী মৈতৈ নিংথৌমচা নুপীনা কাছার লৈবাক্কী নিংথৌদা ওংখিবা অসিদগী হৌরদুনা মৈতৈ খাম্বা কাছাড়গী কোনুংদা অমসুং মনাক নকপা লমশিংদা খুন্দাদুনা লৈখি। কবি অমুক হায়গনি? মৈতৈ নিংথৌমচাশিং চায়বদি চৌরজিৎ, মারজিৎ অমসুং গম্ভীর সিংহ ফাওবা মনিপুরদা লৈবাক ইরাং থোকপনা মরম ওইদুনা কাছাড় নিংথৌগী কোনুংদা চংজকয় লৌখি।

কাছাড়গী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্র মতম অমাদা লাইকপ্পরবা মতুংদা কাছাড়গী সিংহাসন মনাও নিপা গোবিন্দচন্দ্রদা লিয়রম্লগা লোঙ্গাখি। মরাখনা লোঙ্গাখিবদা গোবিন্দচন্দ্রনা ১৮১৩ ইংদা কাছাড়গী সিংহাসনদা [illegible]খি। কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌনা [illegible]নিপা [illegible] মরম ওইদুনা মনাও নিপা গোবিন্দচন্দ্রনা কাছাড়গী নিংথৌ ওইখিবনি।

রাজগদি লৌরবানিনা গোবিন্দ চন্দ্রগী মরাইবক্তা রাজটিকা নমখরে রাজ অভিষেকক্কী মখাংদা মহারানী কনানা ওইগনি হায়বা ৱাফম অসি লৈবাক্কী থমরমই। টবাংডি, লক্ষীডি, অহই নক্তিনচিংবী কাছাড়গী নিংঙোলগী রানীশিংনা ত্রিপুরী নিংঙোল চন্দ্রকলাবু কল্লকলমই মবম্দ জয়ন্তিয়া নিংথৌমচানুপী অনীনা শিখরবা মতুং অসিদদি চন্দ্রকলানা কাছাড়গী মহারানী ওইফম থোকই হায়বা মবম অসিদ গীনি। অদুবু মীওইবগী ল ইচ্ছা তম্বা হায়বসি অঙ্কপনি। অভিষেক নুমিৎ অদুদা রাজপণ্ডিত, লৈবাক্কী অঙম-অথৌ লৈবাকপ্রজা পুমমক কোনুং চোম্না তিল্লবদা কোনুং অদু ইমিল নিল্লমই ঈশৈ শক্কলক্কে। পং সৈথংক্কে, মোইবুং খোঙ্গংলক্কে। মঙ্গলগী অফবা খোঙ্গফম য়েংলাদুনা মহারাজ গোবিন্দচন্দ্র মহারানীগী মখুদাং পাইরদুনা সিংহাসনদা লেংখৎলমই। জয়ধ্বনিনা মফম অদু প্রমানন নিল্লমই। তিল্লমলিবা মীয়াম্না নিংথৌগী ওইদা ফাম্লবা মহারানী অদুতবু য়েংহনা লৈরমই। লৈবাক মীয়াম্না য়েংলরিবা কাছাড় লৈবাক্কী মহারানী অসি অদু অমা নত্তে, ত্রিপুরী নিংঙোল চন্দ্রকলাসু নত্তে, নৃত্য-নবীগী ফিজেৎ খাদোকপদা ওইরিবি কুমকুম তৈরবী মরাইবক ফবী মনিপুর নিংথৌ মচানুপী মহারানী ইন্দুপ্রভানি।

কাছাড় নিংথৌগী অভিষেক মতম অসিদা মৈতৈ নিংথৌমচা মারজিৎসু কাছাড়দা লৈরমই। ইন্দুপ্রভাবু গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌনা মহারানী হাপ্পা মতাং অসিদা মারজিৎনা রানিংদবা ফোঙদোক্লমই—থৌদোক অসি কনাগী থৌইনলিন্নগীনো?

মারজিৎকী রাহং অসিদগী গোবিন্দ চন্দ্রগী ঈঙ্গিত ফংলদুনা রাজপণ্ডিত না ফমফদগী হৌগৎলদুনা লৈবাক মীয়াম মমাংদা মমাংঙৈদগী কায়দনা চংনরক্লবা কাছারী নিংথৌশিংগী চংনবী লাওথোকখি—মমাঙৈদগী হৌনা কছাড়ী নিংথৌশিংগী অভিষেকতা নিংথৌগী মচানুপী রানী নত্তনা কনাগুম্বী অচম্বী রানী অমতনা কাছাড়গী সিংহাসনদা ফম্মরম্তে। অভিষেকক্কী মকমদা সিংহাসনদা ফমখিদবী কনাগুম্বী রানী অমতগী মচা নিপানা কাছাড় লৈবাক্কী সিংহাসন দাবী তৌবা য়াদে। জয়ন্তিয়া নিংথৌমচানুপী কাছাড়গী রানী শিখরে, ত্রিপুরী

লরৎ কী

মিংতোন চন্দ্রকলা নিংথৌগী মচানুপী নত্রে। মরম অদুনা কাছাড়গী চৎনবী মতুং ইমা মবাখা কৃষ্ণচন্দ্র নিংথৌগী মহারানী মনিপুর নিংথৌগী মচানুপী ইন্দূ-প্রভাগা কাছাড় নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রগা অভিষেক নোংমা বাংলি ইন্ডদা হোনবী মতুং ইমা লুপ্তাং থুবনি। রাজপণ্ডিতকী মচিন্দগী ব্রা অসি তাবদা মারজিং শগোল কোন্দাং তেংদুনা কাছাড় থাদোকখি অমসুং মনিপুর পাংখি।

মারজিং সিংগনা মবাম্বুং চৌরজিৎ মহারাজদা কছাড়গী পাউ অসি তম লবে। শাওথবনা মরম ওইদনা চৌরজিং মহারাজ কাছাবগী কোনুং খাসপুরগী মনাক্তা লানমী পৈবরে। অহিংদা শগোল তোংবা লানমী তব তগা লৌইননা চৌরজিৎ মহারাজ খাসপুর কোনুং মনুংদা চংলক্লে অমসুং গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌগা উনরবে। গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌনা চৌরজিৎ মহারাজবু তরাম তরামা ওক্রমই। চৌরজিৎ মহারাজনা গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌদা হায়খি—ঐহাক নহাকী মরী মতা অমা ওইবা অমদি অতিথি অমা ওইনা লাকপা নত্রে। ইন্দূপ্রভাবু লৌবা অমি তোকউ নত্রবদি লাল ইচেল তৌবা তাই। গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌ থম্বক্ম থংলমদে, তুমিমা লৈরমই। ঙাংনরিবা বাঙাং অদু তাবদা মহারানী ইন্দূপ্রভা থংনবা কাপগী কপ্প-কপ্পদুনা চেংথোরক্লে অমসুং মবুংগী মথোংদা তুমরে। মহারাজা মবুংদা হায়জরমই — ইমাইবক খীবদগী লুপ্তাবী ওইবরব, শাওরিব-দগী ঐব অমুক হন্না লুখ্রাবী ওইহনবিরগনু। মচম নুপীগী মথংগাই লোক্লা কপ লাওবা তাবদা চৌরজিৎ মহারাজ তোংম থংদদুনা শ্রীগোবিন্দনা নংগী নিংজবা অদু থংহনবিরসনু হায়রক্লগা মনিপুরদা হনখি।

অতিং অদুমক্তদা মহারানী ইন্দূপ্রভানা মং অমা মংলমই—মং অদুদা মপাক্তা নোংমগী কাথদনা পূজা কৎচরিবা লাইপাক্তবীনা মতোক্লা তাকপিখি— ঐব কাওগনু মনিপুরদগী ঐবু পুনিল্লপদি ওইথে কলোই, মরম অদুনা কাশীধামদা চৎলগা অহেবা মী অমা লেক্রুগা ঐগী মূর্ত্তি শাহল্ল, মূর্ত্তি অদ পুবক্রুগা কাছাড়গী কোনুংদা ঐবু সেবা চৎলু। নোংঙানবগা মহারানী ইন্দূপ্রভানা মংগী বারম অদু গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌদা হঙংলমই। নুমিৎ অমবা অমা সেংলগা নিংথৌ মহারানী, রাজ-পণ্ডিত নচিংবা কাশীধাম তাম্না থোংলানখি। কাশীধাম য়ৌ মগা মখুৎ, মশা হৈরবা রতনমনিগা থেংনরমই। রতনমনিগী মমংদসু দশভূজা দেবীগী মূর্ত্তি শাগংলো হায়না লাইপুবেম্বীনা তাকপিরক্লে। মদুগী মতুং ইমা মহাকসু নোংশাদা শাদোং শাদোং ওইবী লক্ষী সরস্বতীনা থোগাল্লবা মহিষামর্দিনী দুর্গাগী মূর্ত্তি মংতাক মতুং ইমা শাগংলম্লে। দুর্গাগী মূর্ত্তি শাবা লোইরগা মূর্ত্তি অদু পুদুনা হল্লক-লমই। কাছাডগী কোনুংদা দুর্গাগী মন্দির অমা তনজা শাদুনা ১৮৲০ ইংগী মাঘ পূর্ণিমা নুমিৎতা লাই-খুরেম্বী দুর্গা লি থংখি অমসুং পূজা তৌবা হৌখি। ব্রাহ্মণ ১২ না পালি পুনশ্না সেবা চৎখি। বৈষ্ণব ধর্ম চৎন-চৎনা মহারানী ইন্দূপ্রভানা সেবা চৎলবা দুর্গা অসি হৌজিক ফাওবা রাজপণ্ডিত গৌর-মনিগী খারান্মলানা কাছাড়গী বড়খোলাদা কারদনা সেবা চৎলি। কাছাড় নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্র না নোক্লাখ্রবদা কাছাড়গী রাজসিংহাসন অসি মহৈ মহৈ দাবী তৌনরমই। দাবী তৌবশিংগী মনুংদা মহারাণী ইন্দূপ্রভাসু অমনি। ইং-র সরকারনা দাবীশিং অদু

—

লোইরমগে। ১৮৩২ ইংগী আগষ্টগী তাং ১০ শা কাহাড় লৈবাক বৃটিশকী মাখাদা থমখি—"On formal annexation by proclamation on August 14th 1832, it was formed into a district and was placed in charge of a superintendent, who was subordinate to the commissioner of Assem."

বৃটিশ সরকারনা মহারাণী ইন্দুপ্রভাদা চাহি চাহিদা এলাওয়েন্স লুপা ২৩৪ শা আনা ১০ পিরমই।

---

# অরিবাদা তশেংবা মশক

এল. অশোককুমার, আর্কাইভিষ্ট

মনিপুরী সাহিত্য অসি করম্না থাম্না কুইবা মতমদগী লৈরকখ্রবগ অমসুং করম্না থাম্না লিববগে হাববসি মীথাম্না য়াম্না থংনিংনা হংনরিবা অমসুং থিনরিবা লাকমনি। মনিপুরদা অরিবা লাইরিক কয়াম্রুক লৈরি খুদম ওইনা হায়ববদা উগী, খেম্বা চিংজং চিবাউ সনা লমতক খোইজু লমতক পাম্ভৈবী খোঙ্গুল অহাংশোন নুংথৌ কাম্না পোইরৈবতোন খুম্ভোক, লুবাংশোন খোঙ্গুল অনোইশোন চৈ লৈবোন চকপবোন, নচিংব লাইরিক-শিং অমিদা ইলাল হাদা মনিপুরদা ইরমনি হায়না থাজনি। মথাং অসিদা অনৌবা থাবা লাকপা অমদি লাইরিকশিং অসি কনানা কদাম্না মতমদা, কদাম্না চৎদা ইরমগা লাববসি লাইরিকশিং অসিদা ইরবদনা অপাল-শিংদা চম্‌বা অমদি মদুগুমক ওইহল্লে। মৈতৈ লৈপাক্কী সাহিত্যগী লমদা লাইরিক লাইশু—ইরব না মীথামনা লাইরিক্কী মশক থংলকপা মতম অসিদি করম্না মতমদগী ওইনা তৌই। উগী নগৌং থাম্না খেম্বা, সনা লমতক খোইজু লমতক চিংজং চিবাউ পোইরৈবোন খুম্ভোক পাম্ভৈবী খোঙ্গুল নচিংনা লাইরিকশিং অসিদা শিংজিনবরিবা লাবী পরীং অমদি লোন্দা পুদাশিং অসি থাম্না লিববা মতমগী চৎবদি মীগী লাইগী শক্তি মতমগী বারীনি। অদুন ইরাম্না থাহে থাম্না লোম্না পুদা অসি লাইরিক ওইনা ইথোক পদি খৃষ্টগী ৮শুবা অমসুং ৯শুবা শতাব্দী অদু ইদা ইথোক্লবা ওইনা তৌই। মাসগী—মতং তারকপদা চিংজং চিবাউ, খেম্বা, সনা লমতক খোইজু লমতক অহোংশোন নচিংবা করম্না অমা লাইরিক ওইনা ইথোক-খিবনি হায়জনীংই। মনিপুরী সাহিত্যগী চপ চাবা মতম অসি লেপ্পদা মসিগী মথাংদদি অরিবা লাইরিকশিং অসি লৈরমদববা হায়রবা ভারবদি লাইরিক ওইনদি লৈশংগসু চীক্ষাং চীক্ষাং ওইনা চীনফা ওইনা পুদুনা মীশিং নদি শিজিনরে হায়ত্তুনিংই। লৈবাক অসিদা লাইরিক ইবদা শিজিন্নরিবা মচাকশিং অসি মরুওইনা থাম্না ভুর্জৈত্র মতমদা তেংনা মনাদা উগী মকুদা নুংদা খেম্বা, কোবী কোম্পাক্তা, অমদি মৈতৈনা শাজবা চে অমসুং মুকনা লাইরিক ইদুনা শিজিন্নরম্মী। খেম্বা নহগা কেবী পেম্পাক্তা লাইরিক ইরমগী চংনবী অসি থাম্না ভুনবা নতমদগী লৈরে হায়না কনাগুম্বাশিংনা হায়নৈ অদুবু মসিমক্তি থাম্না ভুনবা মতমদগীদি লৈকম খোঙমালে হায়জনীংই। খেম্বা কোবী কোম্পাক্তা লাইরিক ইবগী চংনবী অসি ভুরবদা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্র সনা ইরুক অদু ইদা ইন্নবা হায়না নীংই। লৈবাক অসিদা ইহান হানবদা লাইরিক ওইনা ইবগা শিজিন্নরম্বা লোন্দা পুদাশিং অসি ইরাং খোঁনি ইবাং লাইশোন লাইশোন চীনশোন অমসুং লাইগী মিংথৈ শক শোন্দুনা থাবগা ইরম্বা অসিনা মৈতৈ লাইরিকশিংদগী হায়রি হাযবসি অরিবা লাইরিকশিং পাবদগী খংনা ঙম্মী। লৈবাক অসিদা লাইরিক ইবদা শিজিন্নরিবা মখেক অসিগী মতাংদা অমুক নৈনদুনা যে লুগা ভাবতসু চমম্না কয়ামবুম শৈ। মৈতৈ মখেক অসি লৈবাক অসি করম্না থাম্না কুইবা মতমদগী শিজিন্নরবগ হায়

—

কনাগুম্বা অমম্তনা অকক্রবা শোক তাঁবেথ পীবা ওম্বদ্রি। মতাং অসিদা মপাল লমদগী লাকপা স্কোলাব কখাম থুমনা মখোয মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা মত কয়ামবুম ফোংদোকই। মনিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা বৃটিশ মচাশিংনদি `মতৌ মাযক অসি খৃষ্টাগী ১৫ শুবা শতাব্দী অদুগাইদা বাঙ্গালদগী মনিপুরদা চংলকখি হায়না ফোংদোকপসু ঙাওই। অদুবু থাফম অসিমদি অচুম্বা ওইদ্রে হায়বসি অঁবা পুয়াশিংনা চপ চাবা প্রমাণ ওইরে। ভারতবর্ষগী ফাওরবা সংস্কৃত স্কোলার ডাক্তার কালিদাস নাগনদি মৈতৈ মযেক অসি যাম্না লিরবা ময়েক্কী, মসি চাওবাক্রা সুক্তনগী মমাং চহি ২৫০ গী মদ লাইদা মহারাজ অশোক্কা ভারতবর্ষদা, লিংথোরেবা ওইদনা-পানবা মতম অদুগাইদা চিনাদগী মৈ ত লৈবাক্তা চংলকখিবনি হায়না মশাগী অকনবা মত ফোংদাক্লমী। অ,নদি মৈতৈ মযেক অসি মপাল লৈবাক্কী লৈবাক অঁসদা চংলক-খিবনি হায়বসিমদি মীশাম্না য নবা থাফম ওইবে। মৈথোয়না- হেুঁজিক ভাঁবা বাঙালি মঁমক অসিদি কারনথগদা বাঙ্গালদগী ভমখিবনি মসিদি ইকই কইদবা বাফমনি লিরবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাঙ্কক অদুগাইদগীনি।

লৈবাক অসিদা লৈবম্না মৈতৈ মযেকী মশীং অঁস অহানবদা থাম্নমদে কাখনথুংদা থাংগম্বগী মতমদগীদি মরেক অসি মপু ফানা চাওথংলক্ত না—মযেক ৩৫ অসি লৈবাক অসিদা চংনবে। য়ামথংলকখিবা অসিদি মপাল লৈবাক্কা থুংলমববা মতুংদা যামথংলকখিবনি হায়বসি মতম অসিদা ইরম্বা অবিবা পুয়াশিং পাবগা থাম্বুনা খঙবা ঙমই। অরিবা মতমদা ইরম্বা পুয়াশিংদা অমদা রেকার মসোকার' আকার, ঔকার নচিংবা ভপাশিংগা ইবম্বা কয়ামবুম ফংই। মসিনা তাকপদি ইরম্নবা পণ্ডিতশিং অসিগী গাথল অসি অসুক্কী মঙীক শাংলমই হায়বসিনি। মনিপুরী সাহিত্যদা হায়া লৈরম্বা মওঙ্গগী অচৌবা অহোবো অমা থংলোক লাকখিবসি লৈবাক অসিদা মৈদিংগু গরীবনীবাজ না পানবা মতম অসিদনি। মসিগী মমাংদা লৈরম্বা ল ইরিকলিংগী মশীং অসি লৈবাক অসিদা থাম্নমদে অদুগা লাইরিক অয়াদসু ইবাং থোন লাইশোন ভীন শান লাইগী চিংথৈ লৈখাদুনা ইরম্বা ভাবনী। খষ্টাগী ১৬শুবা শতাব্দীদা মদিংগু খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক অসিদা পাননা মতম অসিদদি মশান লৈবাক্কী সাহিত্যাগী মসিদি লৈবাক অসিদা তাবা লৈতে। নিংথৌ অসিগী হায়ক্তা লৈবাক অসিদা থোইদোক হেন্দে ক্র শাংথনদ মতীক চাববা পণ্ডিত কয়ামবুম পোকখি, থবদং পনবা তাবদি শোরেম্বা খোংনা পাবা অপোই মচা পনব খেংগ্রা, লাঙ্গোল লুংখাই কমেং ফংদবা লৈশা খোং চীগোং শাংঙু বাবা খাই কেক্রু শাম্নবৌ চীগোং লৈশংখাং খোমা দশাগ তোম্ব অসিনচিবা লাইয়ম্বা পণ্ডিতশিং অসিনা লাইগী পাউবে পাতাক্তা থনবা লাইরিক কয়াম্ক ইদুনা লৈবাক অসিদা থম্মীরম্মী। পণ্ডিতশিং অসিদা নত্তনা মখোয়মগী মমাংদস অহান্নবা লাইগা পংথক ওইরবা পণ্ডিত কয়ামদু মসু লৈবাক অসিদা পোকখি। অসুম্না লৈবাক্কী শনাইরদা অশৈবাশিং অসিনা ইবম্না লাইরিকশিং অসিদা ভসিংক ফংলবা থবা লিনবা পুয়াশিং অসিগী মতম অসি লেপ্পদা অদ ইবা অমসু ওইদে। মথং মাং শিঞ্জক্ৰুকপগী মসি অবিবা পুয়াশিংদা ময়েক শোংনা উবা ফংই। মাতৌ অসুম তৌদুনা মথং মথং অসুম শিন্দোরকপনা গরম ওইদুনা পুয়াশিং অসিগী অশোংবা মলাক কয়া মাংশিল্লকপসু ঙাওদনা মক্তে। ভসিংক লৈবাক অসিদা অরিবা পুযা কয়ামবুম লৈরি, লৈরিবা

শরৎ-কি

মানদে। চীন্দগী থোক্লকপা রাহৈশিং অদুবু রেজা ইরবগী মরুং মানি। খুদম ওইনা ওগ্রীদা ইরম্রিবা অসি থরদং রেংজুবা তারবসু অহানবা মরুমদা অসুম্না ইরি হেইরৌ হয়া হয়া। হোইবে হয়া হয়া। হে হুপ হে। ঔগ্রী ও কোল্লে। নমলেনমদা। নদাইমদা। কংনৈ-রোম্দা পদংমাহোন্দা। রোইমাযাইবু তাউদনবু। তাউরোইনাইবু অত্তামবু। মান্নম খবু লা কথেবু। সনাতোনবু খোম্মাদোনবু। থবীরেংবু শেংগাইরে বু। অপানবু চরংশনবু খোইবুংশনবু নোংশাক সৈবু। নোংপোক চৈনমা চাবু অসিনচিংবা। নাইতৌশিং অসি শৈরেংগী মরুংদা লেংলবনি। ঔগ্রীদা ইরম্নিবা নাইহশিং অসি লাইবোন তাক্লনী। মসিবু লিববা মতমদগী ঈশৈ ওইনা অসুম শরুবকপদা চীহাং চীহাং নৈনা ভুসি কাওবা শরুরি। লাই হয়াউবা মতমদা খুল্লাও লৈচাও-নবা লৈবাক চাহোং তাহোংনবা লৈবাক মবা তপ্পবা লাইগী মি থৈ ওইনা ঈশৈ ওইনা উগ্রী অসি শকপনি। ঈশৈ অসিনা যো দোক্লিংনা মান্নম শেম্লবা মত দা লৈবাক পলবাক নিংথৌ পানলবদ শৈবাক মিংথৌগী মতীক মগুন মথৌনা কয়াব নমীংকুম্না মশোং চাওই, থাবাগুম্না মশোং নই নিংথে বু নুমীৎ অমসুং থাগুম্না মতীক মগন লৈ তারবা যো দোক্লনা শৈথারম্মি। লাইবোন ঈশৈ অসি চীহাং চীহাং ওইনদি খুন্টগী মমালগী শকাকুন্দদি মাই অদুগ শাইবিন্দ ওইনা ইথোকপদি খুন্টাগী ৮ অমসুং ৯শুবা লত্তাকী অদু টেংদা ইববা ওইবমগদদা ৮ মনা নীংই। শিংবং অমসুং নাবেং পুমশিন্নগা ইববা নুমীৎ কাপ্পা কেবা পুযাদা থেংনৈ খুদম ওইনা থরদং পনবা তাবর্দি, মথাগী অসুম্না ইরি কোরৌ নুমীৎমাদি ভল্লোম মযুম্বীনা ফৈজা পোন্নেক লৈ পুল্লাং লুরোই থোং লাইজা ইপাল্লাং ইমু মযোন চৈলরাই হুইশোন কারকপদা থাই নোংচৈনবম লাইচা

মেকমা দাওভংলোন নম্র পোংভোলাচালী লীমি থম্মোম তিং লকা ভেনথৈ লাকনা পাম্ববু পুল্লুং মরাব থাম্না কাপথামরে। মথক্নী নাহৈ থবা অসিমক শৈরেংওইনা লৌবসু মাই অদুবু ইরবা মরুমদদি শৈরেংগী মওংদদি ইরমদে। বাহৈ পরেং থবা অসিনা যো দোক্লিবনা, থাই নোংচেনবম পীবানা তেন শারবা মত্তুংদা নুমীৎ পাকাম্নদা শোমদনবগীদমক মাগী নুপী তালোম্ন মবুম্বীনা মকোম্না ফৈজা লাবগা ইশিং শোকপা কারকপদা তাইবগা মাগী তেন অদুবু তেক্কা থোংলগা ঈশিং পদা অদুবু মথাইমত্তদা কম্নিমত্তা শোমদনা কাপথামবে অসিনি। অদুগা নুমীৎ কাপ্পগী অংতোম্পা মতাং থরদনা শৈরেংগী চপ চাবী মওংদা ইথবসু মাওই, খুদম ওইনা থরদং পনবা তারবদি — তবী মৈনা কোম্না থৌশামশিগ-বগী। পোইবৈ চিন্নুম চিন। তংবন ম দুম মংমা। থা না মাবন পাইনা। মীশয়োবা লৌকুমদা। মীনাই তনবা লোঁতাদনা। কম্নুত্তবু মশেন তযেং লাইকম মশেনবু। নাথোন শি লোমা পামগে তৌকুমগ্র দা। অসিমচিংবা বাহৈশিং অসি শরে ওইনা ইকদসু অদুগা শারে ওইনা লে বসু বাই। কম্নিবা লাইবিক অমাবদা অসি থা মওং অসি শাম্ন শিজিন্নে।

মতে অসুম্না খেন্নো মনা লমসক খোইজু লংকক তিং শিবাউ, অহো লোম শিংথৌবোল শৈশক, নচিবা পযাশিং অসি শৈরেংগী মওংদা ইন্মী। পাম্নোইবী খোঙ্গুল পেইবোতান থাক্লাক লোইমমা শিনমেন নচিবা পয়াশিং অসিদি নরগী মওংদা মপুং ফানা লাবী পরং অমগী তাক্কক ওইনা ইরমা লাইমিক ৬ ভনী। অসি মবা পযাশিং অসিনা অমুক থবা থেংথরা মত্তমদা ইরবা ওইনা তৌই।

মৈতৈগী পণ্ডিতশিংনা অঙমবা মতমদা ইরবা পুযাশিং অসি, মায়া থানা চাওনা অমটা ইথমদে কামনথদো

জরং কি

কুণ্ডাগী ১৭ শুবা শতাব্দী লোয়শিন্নকপা ১৮ শুবা শতাব্দী চংলকপদগী দি মপালগী সাহিত্যগা খুৎলায়বগা লোয়ননা লাইরিকশিং ইবা মতমদা থানা চাওনা য়াড়ী পাঁয়িং অমা মপুং ফানা ইবগী চৎনবী ঐথোয়গী লৈবাক অসিদা মপুং ফানা য়ামি তাবা হৌখি। মপালগী লাইরিক কয়া ঐথোয়গী লোল্দা অনুবাদ তৌদুনা ইবা হৌখি। মৈতৈ পণ্ডিতশিংনা লাইরিক ইরবা মতমদা মায়াই মশাগী থাবগী চৎনবী অসি অহানবদা লেংমদে মখোয়না অহানবা ইরবা মওংদি লাথুপ হায়দুনা শাংনা শাংনা চিংথোক্লগা মদুবু অমুক মথুপ মথুপ থুপচল্লগা মথং মনাও কায়হন্দনা পরেং লেংলগা পুয়াশিংবু ইরম্মী। অসিগুম্বা মওং অসি ওসিমক অরিবা পুয়া থমদা উবা ফংই। অমুক মশাগীনা লামায় মশাগী থাবগী চৎনবী অসিদি কাযনথংদা মপাল লৈবাক্কী সাহিত্যগা শয়বা মতুংদা লৈবাক অসিদা চৎনখিবদি হায়জনীংই। অরিবা পুয়া কয়াবু মথং মথং শিনচৈবদগী লাথুপ্পা ইরবা কয়াসু তোক্না তোঙান তোঙানবা চেনাদা ইদুনা অমুক মশাগী তাদুনা লেঙদোকখিবগী খুদম কয়াসু অরিবা লাইরিক কয়াদগী থজবা ওদ্মী। ওসিমক লৈবাক অসিদা ফংলিবা পুয়াশিং অসিসু শিন্দোক হোৎনা অমাম্বা ওইরে। মরম অসিনা ঐথোয়না ওসি অরিবা পুয়াশিং অসিগী মশক অমসুং মওম লেপ্পদা খুদোংথিবা কয়ামখুম মাইয়োক্লরি। মৈতৈ লৈবাক্কী অশৈবশিংনা মপাল লৈবাক্কী লাইরিক অমগা হৈরুরবা মতুংদা শিন্দোকপা পুয়াগী মশিংনা য়াম্না লিয়বা লাইরিক কয়াদসু শেমদোক শেম জিন তৌদুনা মপালগী লোল হাপচিল্লগা ইরবা কয়াসু অরিবা পুয়া কয়াদা থেংনদবা নত্তে। অদুমমকপু শেমজিন সাজিন্দুনা থবা মখৈ হাপদোক হাপচিন তৌদুনা ইরম্বসু য়াম্না লিয়বা পুয়া থরদাদি মশাগী অশেংবা মশক মাংদনা লৈবাক অসিগী অশেংবা পোৎ ওইদুনা লৈবাক অসিগী সাহিত্যগী অশেংবা লল ওইদুনা য়াঙবা লৈতনা অসুম্বক লৈরি।